# ঐখোয়গী Graduate পৃথিবী
# অমসুং
# মীওইবগী মরমদা

ইরবা—

শ্রীবৃন্দ্রাকপম গোপাল সিংহ

মমল লুপা ২·০০

ফোংলবা—

রাজ-কুমার

পাওনা রোড

ইম্ফাল,



অহানবা নম্বর

কোপী ১৫০০—১৯৬৩ ইং



দি ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেস
ইম্ফাল,

# লাইরিক অসিগী মরমদা অহানবা ৱা থরদং

অঙাংশিংগী সাহিত্যদা মপুং ফাবা জ্ঞান অমা পীবা ওয়বগীদমক্তা: "ঐখোয়গী পৃথিবী অমসুং মীওইবগী মরমদা" হায়বা লাইরিক মচা অমা ইরে। হৌজিক লাইরিক-লাইশু মপুং ফানা ওয়বা মপুং ফাবা মীওইশিংগীদমক্তদী মথক্তা মখেনগী য়াম্না নোংছপনচিংবা লাইরিক কয়া লৈরে। অদুবু অদুগুম্বা য়াম্না নত্রগা নোংছেপশিং অদুদি জ্ঞান লৈববা অহলশিংগী মফমদা খোইদোক্না কায়বা অমসুং ফুঙাইবা মওং অমা ওইনা খোক্লবসু য়াথল পীক্লিবা অঙাংশিংগী মফমদদী মখোয়দু খোইদোক্না কায়বা পীবা ওয়মত্রে হায়বদা লেখককী কা হেনবা য়াথাং ওইরোই। মরমদী অঙাংশিংনা হেক পাম্বা লাইরিক্কী ইচম চয়া তেক্তা য়াথল লৌশিনবা ঙম্বা অমদী পাবদা নুংঙাইবা য়াথল অমা ইরায় লায়না পোকহনবা ঙম্বা অদুগুম্বা লাইরিকশিং অদুনি। পাউতাক য়াম্না লৈরবা য়াম্না অদু মখোয়না পানিংদ্রে; মরমদী মদুদা মখোয়না য়াথল লৌশিনবা ঙমদে। মরম অদুনা ঐখোয়না অঙাংশিংগীদা ওইবা অথম্বা লাইরিক কয়ামক্তম থোরাং তেংবা ভাই। মখোয়দা পাবদসু নুংঙাইবা পোকহনবা ঙম্বা তাবদা নুংঙাইবা অমসুং পাউতাক থরসু লৈবা অদুগুম্বা লাইরিক কয়া পীবা ভাই। পাউতাক ফনা লৈবা লাইরিক ওইহনসু মতৌনা অঙাংশিংদা অরায়বা য়াথল অমা চিংশনহনবা ঙমত্রবদী অদুগুম্বা লাইরিক অদু অঙাংশিংগী মফমদদী মতীক চাদ্রে। অসীগুম্বা য়াথলশিং অসীনা মফ ওইদুনা লেখকনা অঙাংশিংদা খোইদোক্না কায়বা মওং অমা পীবা ওয়বা "ঐখোয়গী পৃথিবী অমসুং মীওইবগী মরমদা" হায়বা

লাইব্রেরিক মচা অসী ইথোকচবগনি। লাইব্রিক মচা অসীনা অঙাংশিংদা মুংঙাইবা অমা পীবতা নত্তনা অচম্বা বিজ্ঞানগী মরমদা, ইতিহাসকী মরমদা, থঙজনবা য়াবা জ্ঞানগী ( জেনরেল নলেজগী ) মরমদা অমসুং ভূগোলগী মরমদা থরা থরা শোক্লা কান্নবা পীগনি হায়বা অসী লেখকনা থাজগনা লাইব্রিক মচা অসী ঐখোয়গী অঙাংশিংগী য়াইফ-পাম্বৈগীদমক থোবাং তৌজববনি। মসনা ঐখোয়গী অঙাংশিংদা লাইব্রেক পাহন্নিংবগী হাবিল অমা পীবা ঙম্লবা অমসুং মখোয়গী লাই-ব্রিকা মবা লেনবা কান্নবা থরসু পীবা ঙম্লবদী মসীমক লেখকনা পেঙ্গনি অমসুং নোমজমলগী মহৈ য়াম্লে হায়না থগ্গগ ন। মরম অদুনা লাইব্রক ইবনা নোম্লক্লা ঐখোয়গী জাতিগী য়ুম্বী ওহরগদোবিবা অঙাংশিংগী সাহিত্যগী লনথৈগদা লাইব্রিক মচা অসী হাপাচগরি।

ইম্ফাল,

জুন ১, ১৯৬২ ইং

শ্রীগোপাল সিংহ

# থাগৎচবা

১৯৬২ গী অভাংশিংগী সাহিত্য থনগৎপদা লাইরিক মচা অসী মণিপুর সরকারগী ইডুকেশন ডাইরেক্টোরেটনা মরিশুবা মনা পীবিহুনা লেখকনা মতম কুইনা নাংলকপা আশা থুংহনবিরে। মরম অদুনা লাইরিক মচা অসি ফোংদোকপা ডম্নবগী পাম্বৈ পীবিহুনা অভাংশিংগী সাহিত্যবু য়োকখৎনবা হোৎনবিরিবা মণিপুর সরকারগী মফমদা ঐহাক্না থোইদোক্না নুংঙাইরবা আশা অমা থাগৎ-যাইহৈগা লোয়ননা ফোংদোকচরি।

ইম্ফাল,

ফেব্রুয়ারী ১৫। ১৯৬৩ ইং

শ্রীগোপাল সিংহ

# হীরম লামায়

# ঐখোয়গী পৃথিবী অমসুং মীওইবগী মরমদা

## ১। মপাল নাইদ্রবা অকাশ

ঐখোয়না মায়কৈ খুদোংমক্তা মপাল নাইদ্রবা অকাশ উবা ফংলি। অকাশ হায়বসি থায়না মমাঙৈদা লাইগী লৈবাক অমনি হায়না লৌনরমই। মসীগী মথক্তা লাইয়াম্না মুংঙাইনা পাল্লি অমসুং পূণ্য ফংলবা মীওইবনা শিরগা চৎকম স্বর্গ অদু মসীনি লৌনৈ। অদুবু তশেংবদী মসী অতৈ করিসু নত্তে। মপাল নাইদ্রবা অহাংবা শুন্দ্রংনি। ঐখোয়না অয়ুক মুংথিন্দা নুমিৎনা তরং তরং থোকপদু উরি অমসুং নুমিৎনা ঐখোয়দা মঙাল অমসুং মৈশা পীরি। হায়রিবা নুমিৎ অসীসু ঐখোয়না লাইনি অমদী মহাক্না নুমিৎ খুদোংগী শগোল ১২ না দোলাই চিংদুনা তোংদুনা থোক্লকই খল্লে। নুমিৎ হায়বা অসী চাউরবা মৈবুল অমা নত্তনা অতৈ করিসু নত্তে হায়বসী হৌজিক বৈজ্ঞানিকশিংনা পুথোক্লে। মতৌ অসুম্না ঐখোয়না নুমিদাংদা

উরিবা মশীং থীওমদ্রবা থৱানমিচাকশিং অসীসু শিখ্রবা মীওই-
বশিংগী থৱায়নি খনবদু নত্রে। সুমিৎকুম্মা চাউর চাউরবা
মৈবুন ঙাক্তা ওইরম্লে। ঐখোয়না অকাশ অসীসু লেঙদবা
মওঙদা ঐখোয়গী পৃথিবী অসিবু কূপথদুনা লৈবগুম উই।
তশেংনমক ঐখোয়গী পৃথিবীনা চাউরবা মপাল নাইদ্রবা অকাশ
অসিদা মতম চূপ্পদা য়াঙনা পাইরিবনি। অদুগা ঐখোয়না
উরিবা শংবান্নবা অতিয়া অসিদা ইহাঙ হাঙবা মফমনি। মপাল
নাইদ্রবা অকাশ অসা অসুক্কী মতাক পাক চাউখ্রে মদুদা
কনামত্তনা মসা কদায়দা ঙমখৈ লৈবগে হায়বা খঙবা ঙমদে
অমসুং ঐখোয়গী মীৎ মচাশিং অসনা লাপ্লবা অকাশ অসিদা
য়েংবদা ঐখোয়না ঐখোয়গী উরিবা শক্তি অদুদগী লাম্হোকপা
ঙমদদুনা শংবান্ননা নত্রগা মমশন্না উবদনি। ঐখোয়গী মপাল
নাইদ্রবা অকাশ অসিদা হৌজিক মশাং থীওমদ্রবা গ্রহ, উপগ্রহ,
থৱানমিচাক অমদা অতৈ অতৈ য়াম্না পাইদুনা নত্রগা লেঙদনা
তাউদুনা লৈরিবনি। ময়ামদুগী মনুংদা ঐখোয়না লৈরিবা
পৃথিবী অসীসু পীক্লবা অমনি। ঐখোয়না অকাশতা থৱানমি-
চাকশিংবু পিশক পীক্কা উরি। তশেংবদা থৱানমিচাকশিং
অসী ওম্হোক্কা চাউখ্রে মদুদী ঐখোয়না লৈরিবা পৃথিবা
অসিদগী শরূক কোতি, কোতি হেন্না চাউরিবনি অমদা
সুমিৎতগী লাখ, লাখ হেন্না মৈশা কনবা য়াওরিবনি।
ঐখোয়দগী হায়রিবা থৱানমিচাকশিং অসীনা অসুক্কী মতাক

লাপ্না লৈস্ত্রে, মরমদুনা ঐখোয়না মখোয়বু অসুক পীক্লা উরিবনি। মতাম্না সেকেণ্ড অমদা মাইল লাখ ১ লিশিং ৮০ দগী তাদনা চৎলী। অস'গুম্ব' অসুক্কী মতিক য়াঙলবা মঙালগী থোঙচৎ অসীন' ঐখোয়গা খ্বাইদগী হেন্না নক্লবা থবানমিচাক প্রোক্সিমা সেণ্টোরী য়ৌ'দা চহী ৪ থা ৩ নুমিৎ ১৫ নিরোম চঙই হায়্'রি। অদুনদী ঐখোয়না খঙবা ভম্রে মদুদী ঐখোয়না উ'রিবা থবানমিচ'কশিং অসী ঐখোয়গী পৃথিবীগা অসুক্কী মতীক থাপ্নে। থবান'মিচাকশিংগী অথাপ্পসি চুম্নগী মাইলদা পাদুনা ভনবা ভমদব' মরমদগী মতম্না ওল্লিবনি। ঐখোয়না উরিবা মু'মিং অসী পৃথিবীদগীদা লাখ ১৩ হেন্না চাউবা পিশক পীকপা থবানমিচাক অমনি। মস'না পৃথিবীগা মাইল কো'তি ৯ লাখ ৩০ রোম থাপ্নবা লৈ। অদুগা মসীগী মতাম্না পৃথিবী য়ৌবদা মিনিট ৮ সে'কেণ্ড ১৫ রোম চঙই।

---

# ২। পৃথিবী করম্না পোক্লকপা

অকাশতা লৈরিবা থবানমিচাকশিং অসী লেঙদনা লৈ। অদুবু থবানমিচাক অয়াম্বদী মক্ষম হোংই। হায়রিবা থবানমিচাকশিং অদুনা অসুক্কী মতীক থাপ্না লৈথিবা মরমনা মখোয়না মক্ষম

অসুক য়াম্না থাপ্না হাম্নদগী চখোকপ্লে হায়বসী ঐখোয়গী তেম্নবা মীওইবগী পুন্সি অসীগী মসুংদা হায়বা ঙমদে। হায়রিবা থবানমিচাকশিং অসীনা করিগুম্বদা মখোয়গী হাম্নগী মফম অদু খজিক্তুং হোংনা লৈবা উবদা চহী কোতি, কোতি চঙই। মরম অদুনা হায়রিবা থবানমিচাকশিংগী হোংদোক-হোংজিন অসী কনামতনা মুম্না হায়বা ঙমদে। মরমদী পাক্লবা অকাশ অসিদা মীওইবগী তেম্নবা পুন্সি অমনা মপা থওজম্নবগী পাম্বে লৈতে। মতৌ অসুম্না মতম অমদা চহী বৃন্দ ২/৩ লোমগী মমাঙদা সুমিৎকী মপা তম্না চাউরবা থবানমিচাক অমা মহাক্কী হাম্নগী মফম হোংদুনা পাইশল্লকখি। হায়রিবা থবানমিচাক অসী সুমিত্তগী শরুক্ লাখ লাখ হেম্না চাউরমুই। ঐখোয়না মতাং অসিদা কাউরোইদবা অমনা সুমিৎ অমসুং থবানমিচাকশিং অসী শোঁদোক্লবা য়োংকী মতৌগুম মনিলগী মওংদা লৈবা চাউরবা মৈবুল ওাক্তনি। ঙসাইগী হায়রিবা থবানমিচাক অদুনা সুমিৎকী মপাদা লাক্তুনা থেঙ্গাইগদবগুম তৌরে। অদুবু লাইবক ফবনা সুমিৎকী মপা থরা শোয়্নবা থৈদোক্তুনা পাইশল্লকখি। ঐখোয়না মতাং অসিদা কাউ-রোইদবা অমনা অকাশকী পোৎ পুম্নমক অসি মশা মশাগী য়োৎচাবীগী মতৌগুম চিংশিন্নবগী শক্তি অমমম লৈনবা ওাক্তনি। থরা চাউবা পোৎনা থরা পীকপা পোত্তগী চিংশিন্নবগী শক্তি কল্লী। ঐখোয়না অকাশতা করিগুম্বা

পাম্বে অমতা লৈতনা লৈরবদী শোয়দনা পৃথিবীগী মথক্তা তারকই। মচুস্থ পৃথিবীগী চিংশিনবগী শক্তিনা থোকপনি। অচুবু করিগুম্ব, ঐথোয়না য়োং মচেৎ অমা য়োংচাবীদগী য়াম্না থাপ্না থম্নবদো অচুগুম্বা য়োং মচেৎ অচু য়োংচাবীনা চিংশিনবা ঙমদে। মরমদী য়োং মচেৎ অচু য়োংচাবীনা চিংশিনবগী শক্তি বাংমা লাম্না লৈদ্রে। মতৌ অসুম্না অকাশকী পোংশিং অসিনা মথোয়না চিংশিনবা ঙম্বগী শক্তি বাংমদা লৈদ্রবা পোৎ অমতা চিংশিনদে। ঐথোয়না অকাশ অসিদা য়াম্না হেম্না বাংনা পৃথিবা‌ীগা চিংশিনবগী বাংমদা লৈবা ঙমদ্রবদি ঐথো'য় অমুক হন্না পৃথিবী অসিদা তারক্লরোই। অসীগুম্বা মওঙদা সুমৈৎকা মনাক্তা চঙশিল্লক্লিবা চাউরবা থবানমিচাক অচুনা সুমিৎতগী কা হেম্না থাপ্লিউ মতমদদী করিগুম্বা চিংশিনবগী শক্তি অমতা নুমিৎতা য়োরক্লমদে। অচুবু হায়রিবা থবানমিচাক অচৌবা অচুনা নুমিৎকী মায়কৈদা অসুম অসুম চঙশিল্লক্লুনা সুমিৎকা মাইল কোতি ২ দা থাপ্লনা লাক্লবা মতমদদী মহাক্কী চিংশিম্নবগী শক্তি অমসুং সুমীৎকী চিংশিনবগী শক্তি অনী থেংনবা ঙম্লে। অচুবু সুমিত্তগী হায়রিবা থবানমিচাক অচুনা কা হেম্না চাউথিবা মরমদগী মহাক্কী চিংশিনবগী শক্তিনা নুমিৎকী চিংশিনবগী শক্তিদগী য়াম্না হেম্না কনদ্রে। মরম অচুনা সুমিৎকী অশোবা মৈবুন অসী হায়রিবা থবানমিচাক অচুগী

চিংশিনবগী শক্তিনা কনশল্লকপদগী থৱানমিচাকলোম থংবা নাকন্দু অসুম অসুম পেথোরক্লে। মমৈথঙদা হায়রিবা পেথোরক্লিবা মৈগী মপে অদু নুমিত্তগী তত্তুনা ইশাং শাংনা মরী অমা চোংথোরক্লে। হায়রিবা মরী অদু থৱানমিচাক তম্না থরা থরা অসুম চঙশল্লকখি। অদুবু হায়রিবা অচৌবা



অচৌবা থৱানমিচাক অসিনা ৯'মং তম্না পাইশিল্লক্লি।

থৱানমিচাক অদুনা অসুম অসুম থুনা নুমিত্তগী লাপথোকখিবা ময়মদগী হায়রিবা নুমিত্তগী পেথোরকপা মরী অদু নুমীৎকী চিংশিনবগী শক্তি খাংমা লান্দুনা চৎখিবা ঙমদ্রে। মমৈথঙদা থৱানমিচাক্না চৎখিবা মায়কৈগী মতুং ইন্না হায়রিবা নুমিত্তগী পেথোরকপা মরী অদু নুমিৎপু য়েংগওইননা কোয়দুনা লৈখি।

অদুগা অতোপ্পা হীরম অমনা অকাশতা অসুম্মা লৈবা পোৎ খুদাংমক মতুম তানা লৈগল্লি। মরম অদুনা হায়রিবা সুমিত্তগী পাইথোরকপা মৈগী অশাংবা মপে অদু মতম কুইনা অসুম শাংনা লৈয়ু হায়বা য়াদ্রে। মতম খরা লৈরগা অসুম অসুম মতুম তারক্লে। অশাংবা পোৎতুনা মতুম তারকপা মতম অদুদা মচেৎ মচেৎ চিংখৎনদুনা মমৈথঙদা মতুম মচা মচা কয়ামক্লম থোকখ্রে। হায়রিবা মতুম মচাশিং অদুগী মনুংদা মরু ওইনা শীংথাবা য়াবা মতুমশিংদী হৌজিক ঐথোয়না শীংথানরিবা গ্রহ মাপল—পৃথিবী, মঙ্গল, বুধ, বৃহস্পতি. শুক্র, শনি, ইউরেনাস, নেপচুন অমসুং প্লুটো অসা ওইখি। মতৌ অসুম তৌনা ঐথোয়গী পৃথিবী অসি সুমিত্তগী পোক্লকলিবনি। মতৌ অসুম তৌনা জ্যোতিষিশিংনা পুথোক্লি। অদুগা কনা কনাগুম্বা পণ্ডিতশিংগী মততনা হায়রিবা গ্রহ মাপল অসী সুমিৎনা অসুম অসুম ঈংশল্লক্লুনা চিংশিল্লকপদগী কেনথিবা মপান থংবা মচেৎশিংনি হায়না পুথোক্লি। অদুগ ময়াম্মা হেম্না থাজনবদি মখকা অসীনা হেম্না থাজনৈ। মরমদী মসীনা প্রমাণ চাবা হেল্লি। মরমদা অকাশতা লৈরিবা পোৎ পুম্নমক অসী করিগুম্বা শক্তি অমনা চৎহনথিবা মায়কৈদা অরেপ্পা লৈতনা চৎলি। ঐথোয়না করিগুম্বা পোৎ অমা পৃথিবীগী চিংশিনবগী শক্তি থাংমা লাম্না লংখৎখিব ওম্নবদী হায়রিবা পোৎ অদু লংখিবা মায়কৈ অদোমদা মাবু থিংবিনবা নত্ত্রগা

চিংশিনবিনবা পোৎ লৈত্রবদী অরেপ্পা লৈতনা অদুম পাইথ্রগনি। মতৌ অসুম্না সুমিত্তগী কেল্লকপা মচেৎশিং অদুসু করিগুম্বা শক্তি অমনা মায়কৈ অমদা পুল্লপ পুরম্বগুম অরেপ্পা মায়কৈদা লোইনা অতৎপা লৈতনা সুমিৎকা অকোয়বদা পাইরি। অদুগা মথোয়না করিগুম্বা সুমিত্তগী হেক্তো মতোম মতোমদা কেল্লকপা ওইরম্লবদি অসুম্না মায়কৈ অমত্তদা চপ মান্না পাইমিন্নরোই।

হায়রিনা গ্রহ মাপল অসি অহানবদা মৈবুন ওইনা তৌরমই। মমৈথঙদা চহি কোতি কোতিগী মতুংদা হায়রিবা মৈবুন ওইরম্বা গ্রহশিংদু ঈংশল্লক্লুনা কনশল্লকখি।

---

## ৩। পৃথিবীনা ঈংশল্লকপদা ওইরকপা মওঙ

গ্রহ মাপল অদুনা চহি কোতি কয়া কয়া সুমিৎকী অকোয়বদা অশোবা ধাতু মহাগী মতূম ওইনা পাইদুনা লৈরমই। অদুদগী খরা খরা অসুম অসুম ঈংশল্লক্লে অমসুং ঈংশল্লকপা অদুক কনবসু হেনগৎলক্লে। অহানবদা মৈ ঙাঙনা ঈক্লবা য়োৎতূমগুম অহাঙবা অতিয়াদা গ্রহ মাপল অদু ইঙাঙ ঙাঙনা পাইদুনা লৈরমই। অদুদগী অসুম অসুম ঈংশল্লক্লুনা

মমৈথঙদদী ইমু মুশল্লক্লে অমসুং ৻গৌজ্রিক ওইরিবা লৈরোল-শিংগী মওং অসি থরা থরা তারকৃলে। গ্রহ পূম্নমক্ অসি মখোয়গী মশা অসী খেন্ন-খেন্নবা পোৎশক্ কয়ানা তিম্দুনা শারমই। ঐখোয়গী পৃথিবা অসীসু সনা, লুপা, য়োৎ, নিকেল-নচিংবা মমল য়াম্বা ধাতু য়াম্না য়াওরমই। হায়রিবা পৃথিবীনা অসুম্না ঈংথরক্তুনা কনশন্নকপা মতম অদুদা সনা, য়োৎ, লুপা, নিকেলনচিংবা ময়াম অদু মনুংদা অসুম অসুম লূপথম্রে। মরমদা মখোয়না অতৈদগী থরা হেন্না লূম্নমই। লূম্নবদা অয়াংবগী মথাদা অরূম্বনা লূপথখিবা হৌনৈ। ঐখোয়গী পৃথিবীগী চিংশিনবগী অকনবা শক্তি অসী ময়ায় ( centre ) অসিনি। মরম অদুনা হায়রিবা অরূম্বা ধাতু পূম্নমক অদু পৃথিবীগী ময়ায়দা চিংশিনখ্রে। ঐখোয়না হৌজিক শীজিন্নরিবা সনা, লুপা, য়োৎনচিংবা অসীদী লেমহৌবা নত্রগা পৃথিবীগী অহোবা মফমদা কাপথোরকপা শরূক থরদনি। করিগুম্বা পৃথিবাগী মনুংদা লূপথখ্রিবা সনা, লুপা অমদী অতৈ মমল য়াম্নবা ধাতুশিং অসীনা অসুম লেঙদনা লৈরম্বা থোক্লবদি ঐখোয়না অসুক মমল য়াম্না থম্নরিবা সনা, লুপানচিংবা অসী তারবা ফাওবদা কনানসু থূন'বরম্মোইদবনি। মতৌ অসুম্না ঐখোয়গী পৃথিবী অসীনা হেন্না হেন্না লুম্বা পোৎনা মনুং মনুংদা চঙখিবা, অদুগা অয়াং অয়াংবা পোৎনা মথক মথক্তা লৈহৌবা মরমদগী পৃথিবী অসী থাক থাকী লৈরোম্না মথং মথং লৈ।

হৌজিক ফাওবদী পৃথিবীগী ময়ায় অসী য়াম্না শাদুনা লৈরিবনি অমসুং পোৎ খুদিংমক মৈশানা শোদোক্তুনা লৈরি। পৃথিবীগী মমুংদা য়াম্না শাই হায়র্বসি কয়লাগী থাদা থবক তৌবা কাও-বুদগী নত্রগা মৈগী চাং পোকখাযবদগী তশেং তশেংনা প্রমাণ ফংই। ঐখোয়না মমাংদৈদগা পতাননি হায়নরিবা পৃথিবী মমুং অসি অতৈ করিসু নত্রে। শারবা জাব পানবনা চঙবা ঙমদ্রবা মৈগী কুণ্ড অমা ওইনা লৈখ্রে। হায়রিবা মৈগী কুণ্ড অসিদা মমল য়াম্লবা সনা, লুপা, মণি-মুক্তা কয়া লোক্তুনা লৈরিবনি। পৃথিবী অসিনা নাম শোংমগী অসুম ঈংশল্লকপা মতমদা মনিলগী শরূক অদুনা খরনা ঈশিং ওল্লকখি; অদুগা খরনা ঈশিং ওনশনবা ঙমদনুনা পৃথিবীগী মথক অসিদা নুংশিৎ হায়দুনা মশক উদবা কুয়োম অমা ওইনা য়োমশন্দুনা লৈথি। পৃথিবী অসানা ঈংশন্দুনা কনশল্লকপা মতম অদুদা লৈতেম চপ মান্নবদী নত্তে। করিগুম্বা মফমদনা খরা তোওই, করিগুম্বা মফমদনা খরা কূৎল। অদুগুম্বা অকূৎপা মফমশিং অদুদা ঈশিংনা তূংদুনা লৌথি। মতৌ অসুম্না পাক চাউরবা সমুদ্র অসি শেমখি। মতম অয়াম্বদা কংফালগী শরূক্তগী ঈশিংগী শরূক্তা শরূক অহুম ওইখি।

পৃথিবানা অহানবদা ঈংশল্লক্তুনা কনশল্লকপা মতম অদুদা পৃথিবীগী মশা অসি মতম অয়াম্বদা লেঙদুনদা লৈথি। করিগুম্বা মতমদা সমুদ্র ওইরম্বা মফম অদু চীংজাও ওইরকই; অদুগা

চীংজাও ওইরম্বা মফম অদুনা সমুদ্র ওইখি। মরমদা অসুম্মা ঈংশল্লকপা মতম অসিদা পৃথিবীগী মশা অসী অসুম অসুম চপশল্লকই। মদুদা পৃথিবীগী মশা অসী পেথোক পেশিন য়াম্মা নাইখি। অসুম্মা পেথোক পেশিন তৌবা অদুদা পৃথিবীগী মথক থংবা শরুক অসি য়াম্মা কূশল্লকখি। মদুদা ঐখোয়গী হৌজিক লৈরিবা মকুৎ-মতোঙ তৌবা চীংশিং অসী শেমখি। হায়রিবা মওঙ অসি পৃথিবীদা মীওইবা জীব অমদী অতৈ অতৈনা লাক্লবা ফাওবদা অদুম তৌরমই। পৃথিবী অসিদা মীওইবা জীবনা ইহান হাম্বা খুন্দারকপা মতম অদুদা য়াম্মা তোয়না, তোম্না সহারারমই। মরমদা মতম অদুদা পৃথিবীগী মনুংদগী মৈশা অদু মপান্দ ইতৎ তত্তনা থোরকখি। অসুম্মা মৈশা থোরকপা মতমদা মনুংগী অকনবা মৈশাগী শক্তিনা লৈনুংদগী অশাবা লাভানাচংবা ঈস্থোরকখি। মদুদা মথোল থোক্না পোকথায়খি, অমসুং মদুগী শক্তিনা পৃথিবীগী মচি মচিদা নাকখি। তদুগা মৈগী চাং পোকথায়বগী মরম অমনা ঐখোয়গী পৃথিবী অসিদা অহোবা কম্লামরুম লৈ। অদুগুম্বা অহোবা অদুদা সমুদ্রগী ঈশিংনা করিগুম্বা চঙখবা থোক্লবদি মদুনা করিগুম্বা পৃথিবী মনুংগী মৈগী কুণ্ড অদুগা থেংনবা মতমদা অওকপা মঙ্গলগী শক্তি অমা লাকই। মদুনা অসুম কনশল্লকপদা লৈমায় অসিদা অকনবা শক্তিগা লোয়ননা ঈস্থোরকই অমসুং মতম অদুদা য়ুহারাবা থোকই। মতৌ

অসুম্বা য়াম্বা তোয়না তোয়না পৃথিবীনা মৈশাগী শক্তিনা য়ুহারাবা নক্ত্রগা নীকপা অসী অসুম অসুম কুইশল্লক্লবা মতমদদী পৃথিবীনা ঈংথখিবা মরমনা কয়া তোয়না খোকখিদ্রে। হায়রিবা পৃথিবীগী অওনবা অসী হৌজিক হৌজিকসু খোক্তবা নত্তে। ওসি ঐখোয়গী পৃথিবী অসি নোংম নোংমগী অসুম অসুম ঈংশল্লক্লি। অসীগুম্বা মতম অমা লাকখিবা য়ারি মতুংদি পৃথিবী অসিদা জীব পানবনা লৈবা ওমদবা মওঙদা অওকপা ফংনা ঈংশল্লকপা য়াই অমসুং অওকপগী মশক ওইবা য়ুহারাবন-চিংবা খোক্লকপা য়াই। মতম অদুদা পৃথিবীদা লৈরিবা জীব পুম্নমক অসী মহা খণ্ড-প্রলয় হায়বদু খোক্তুনা লোইনা মাঙবা মতম অমা লাকপা য়াই। অদুবু ঐখোয়না মতুংগীদমক খোইনা ৱাক্লকম লৈত্তে। মরমদী অসীগুম্বা পৃথিবীগী অওনবা অসীনা অমমম খোক্লকপা মতম অসী চহী কোতি, কোতিনা থুজোং ওইদুনা চঙই। পৃথিবী অসীনা অসুম্বা তোরগদবা মতম অসী চহী কোতি কয়াগী মতুংদা খোক্লগনি। হায়রিবা মতম অসী ঐখোয়না ওাইবা ওমবা মতম নত্তে।

---

## ৪। মতুম তাবা পৃথিবী

ঐখোয়না লৈরিবা পৃথিবী অসি ঐখোয়না ইপাক পাকপা মফম অমা ওইনা উই। মরম অদুনা থায়নগী মী ওই-শিংনা পৃথিবী অসিবু অপাকপা মফম অমনি হায়না খল্লম্মী। অদুবু ইজিপ্ত লৈবাক্কী ইরাটোসথেনিসনা পৃথিবী মতুম তায় হায়বসী চহী ২০০০ গী মমাঙদা প্রমাণ তৌগ্রবনি। মহাকী মমাঙদসু পৃথিবী মতুম তায় হায়রুবগীদমক পণ্ডিত কয়া নিংথৌনা হাংগ্রবনি। হায়রিবা পৃথিবী মতুম তায় হায়না থাজনবা অসী পণ্ডিত থরদনা হান্না খঙলবসু চহী কয়াগী মমাঙদদী মী ওইবনা থাজনরমদে। সমুদ্রদা হিহোনবা কাঙবু-শিংনা পৃথিবী তুমই হায়বগী প্রমাণসী থাজবা ঙমথি। পৃথিবী মতুম তায় হায়বগী প্রমাণসী ঐখোয়না লায়না তৌবা ঙমই।

(১) মুমিৎ খোকপা উবা অসী মফম পূম্নমক্তা চপ মান্নদা উবা ঙমদে। ঐখোয়না করিগুম্বা অপাকপা খুদেং অমা মুংশাদা থম্লবদী খুদেংগী মপাক পুম্নমক অদু চপ মান্নদা মুংশা ফংগনি। অদুগা ফুটবোল অমা মুংশাদা থম্লবদী মুমিৎ-লোম থংবা নাকল অদুদা মুংশা ফংগনি। অতোপ্পা উরুম লাংবা নাকল অদুনা মুমিৎলোমদা লৈশিল্লিবা ফাওবা মুংশা ফংলোই। মসীগী মরমদী বোল অদু খুদেংগুম্বা পাক্কবা মতুম তাবা মরমননি। মতৌ অসুম্বা পৃথিবীসু মতুম তাবা মরমনা

মকম খুদিংমক্তা নুমিৎ থোকপা মাম্নদে। ঐথোয়গী মণিপুরদা নুমিৎ য়ুংবা মতমদা মেক্সিকোদা নোংয়াই ওইগনি। জাপাননা ঐথোয়দগী নুমিৎ থোকপা হাল্লি। মসী পূম্নমক পৃথিবীনা মতূম তাবদগী তৌবনি।



(২) সমুদ্রদা থাপ্পা জহাজ অমা লাকপা মতমদা ঐথোয়না জহাজগী মৈখু উতোং হান্না উবা ফংগনি। অদুদগী জহাজনা অসুম অসুম নকশিল্লকপা অদুক জহাজগী মশা পূম্নমক উরকই। মদুনা তাকপদী পৃথিবীনা মতূম তাবা মরমনা মসাগী মথক্তা লৈবা সমুদ্রগী ঈশিংসু মতূম তানা লৈ। মরমদী মতূম তাবা বোল ১ ঈশিংদা লূপ্লবদী মদুদা পকপা ঈশিং অদু বোলগী মওঙদা কোয়না লৈগনি। মতৌ অসুম্না সমুদ্রগী অকোনবা ঈশিং মথক্তা লাকপা জহাজ অদু ঐথোয়না অমুক্তদা মশা পূম্নমক উবা ফংদ্রিবনি। মসীনা তাকপদী ঐথোয়গী পৃথিবী অসী মতূম তায় হায়বা তাকই।

(৩) করিগুম্বা বোল অমদা তীল অমনা চুমদ্রোং চৎলবদা তীল অদু মানা খোঙণানখিবা মকম অদুদা অমুক থুংলগনি।

অদুগা চেবাং অমগী মথক্তা চৎলবদা তীল অদু অমুক হান্নগী মক্কম অদুদা থুংলরোই। মরমদা বোলদা মতুম তাবা পোৎনি, অদুগা চেদা ইপাক পাকই। মতো অদুম্না করিগুম্বা জহাজ অমা মমায় ইওন ওন্দনা মপাদা কংক্ষাল থোইদোক্লা লৈরোইদবা সমুদ্রগী শরুক্তা চৎলবদা হায়রিবা জহাজ অদু হান্নগী মক্কম অদুদা অমুক থুংলগনি। মদুনা তাকপদী পৃথিবী অসী বোলগুম্না মতুম তায়।

(৪) চন্দ্রগ্রহণগী মতমদা পৃথিবাগী মমিনা থাগী মথক্তা তাই। থাদা তাবা পৃথিবীগী মমিদু ইকোয় কোয়না তাবা




ঐথোয়না উই। মরমদা মতুম তাবা পৃথিবীগী মমি ওইবনা

মাগী মখিস্থ কোয়না তাবনি। অদু নক্ষত্রবদী চুথেক নাইবা নক্ষত্রগা মচি মচি নাইবা মওঙদা তাগদবনি।

(৫) ঐথোয়না অপাকপা পাৎ অমদা য়াম্না থাপ্পা থাপ্পনা উচুক অহুমথক ঈশিংগী ঈমায়থক্তগী চপ'মান্নবা খাংবা মওঙদা ওল্লগা পরিং চুম্না য়ুংলগা লং অশাংবা অমা উচুক মতাই অমদগী মতাই অমা তান্না মতোন মতোন্দা পুল্লবদী মতাং অদুদা ঐথোয়না উগ'ন মদুদী ময়ায়থংবা উচুক অদুনা লংদুদগী খাংগৎনা লৈগনি। মদু মতুম তাবা পৃথিবীদা লৈবা ঈশিংনা কোম্না লৈবা মরমদগী থোকপনি!

(৬) পৃথিবী তুম্বক তুমই হায়বসী তশেংনা হন্দক্তা অকাশতা পাইরুবা রুশিয়া অমসুং আমেরিকাগী সাইন্টিষ্ট-শিংনা উখ্রে।

---

# ৫। ঐথোয়গী পৃথিবী অকাশতা পাইদুনা লৈ।

ঐথোয়না লৈরিবা পৃথিবী অসী অহাঙবা অতিয়াদা নুমিৎকী অকোয়বদা অঙকপদা য়াঙনা পাইদুনা লৈরি। ঐথোয়না পৃথিবীগী পোক্লকপগী মতাংদা থঙখ্রে মতুদী অচৌবা থবানমিচাক অদুনা নুমিৎতগী গ্রহ মপাল অদু চিং-থোক্লম্বা মরমনা গ্রহ মাপল অদু থবানমিচাক্না চিংলম্বা মায়কৈ

অদোমদা মুমিৎকা অকোয়বদ লৈদুনা লৈরি; ঙহাক্তসু লেপ্লে। পৃথিবীনা অঙকপদা য়াঙনা পাই হায়বসী ঐখোয়না খঙবা ঙমদে। মরমদী ঐখোয়না করিগুম্বা হয়াগাড়াগুম্বা অমদা তোংদুনা চৎলগা ইনক নকপা উপাল-য়াপাল য়েংবদা ঐখোয়না উপাল-য়াপালদু তুংলোমদা চেনখিবোই নিঙই। তশেংবদী ঐখোয় ইশামক য়াঙনা চৎলিবনি হায়বসা কাউ-খোকপননি। থাঙ্গৈশেংনমক ঐখোয়না য়াঙনা পাইবা জেট প্লেন অমদা তোংবগুম য়াঙনা পাইরিবা পৃথিবা অসিদা তোংদুনা লৈরিবনি। পৃথিবীনা অহাঙবা অতিয়াদা য়াঙনা পাই হায়বসি ঐখোয়না মথাগী অসিদগী থাজবা ঙমই।

(১) থবানমিচাক পুম্নমক অসা ঐখোয়না মফম লেঙদে হায়না লৌবা য়াই। তশেংবদী থবানমিচাক্না মফম হোংলবসু মখোয়বু মফম হোংই খঙবসী চহি কোতি কোতি লৈরগদা খঙবনি। চহী অমগী মনুংদদা করিসু খঙবা নত্তে। অদুবু ঐখোয়না মশক খঙবা থবানমিচাকশিং অসী চহী অমগী মনুংদা মফম চপ মান্নবা অদুম থোক্তুনা লৈতে। মতম খেন্নবগী মতুংইন্না থবানমিচাকশিংগী মফমসু হোংই। ইংথমথাদা থোক্লম্বা থবানমিচাক অদু কালেন্দা উদে। কালেন্দা থোক্লম্বা থবানমিচাক অদু ইংথমথাদা উদে। মসী পৃথিবীনা মুমিৎকী অকোয়বদা কোয়না পাইদুনা লৈবদগী পৃথিবীগী খেন্ন

খেমবা খোঙচৎকী মতুংইমা খোকপনি। পৃথিবীনা লেঙদনা লৈরবদী অসুম্না খোক্লোইদবনি।

(২) পৃথিবী অসিদা ঋতু হোংবা হায়রুনা লৈরি। ঐখোয়গী পৃথিবীগী ঈশিং-নুংশিৎ, অঈং-অশা অসী মতম চুপ্পদা মন্নদে। পৃথিবীনা নোংচুপ্তুগী নোংপোকলোমদা অতৎ-পা লৈতবা লৈ। অদুগা খা-ৱাং অসীদী লৈদে। লৈবা মতমদা পৃথিবীগী খা-ৱাং অসা মগী লম্বীদা চপ য়ুংনা লৈতে। নাকন অমরোমদা হাইফেৎ পৈখদুনা লৈ। মরম অদুনা অদুম্না পৈখবা মতমদা নুংশা কম্না য়েবা অমদী য়েদবা মফম লৈ। মরম অসিদগী ঐখোয়গী ধাতু হোংবা নাই। অদুবু মতম অমদা কালেন্থা ওইবা মফমদু মতম অমদা ইংথমথা হেক ওই-রকই। পৃথিবীনা করিগুম্বা নুমিৎকী অকোয়বদা কোয়দুনা লৈত্রবদী ঋতু হোংবা অসা খোক্লোই, হায়বদী ইংথমথা ওইবা মফমনা মতম চুপ্পা ইংথমথা ওইবা, অদুগা কালেন্থা ওইবা মফম্না মতম চুপ্প কালেন্থা ওইবা অসুম্না তৌরমগদবনি। অৱাং মেরুদা থা ৬ ঙানব, থা ৬ মম্বা অসীসু খোক্লমলোই। মসী পূম্নমক পৃথিবীনা নুমিৎকী অকোয়বদা কোয়দুনা পাইবদগী খোকপনি।

## ৬। পৃথিবীগী লৈমায়দা অওনবা

পৃথিবীনা ইহান হেক হানবা উ-রানচিংবা হৌবা ঙমক্লিবৈ মতম অদুদদী পৃথিবীগী লৈমায় অসিদা হার হায়বা পোৎশকতু লৈরমদে। অদুগা ঐথোয়গী লৈমায় অসীসু য়াম্না কল্লমই। অদুবু মতমগী থোঙচৎ মতুংইন্না পৃথিবীগী লৈমায় অসী য়াম্না মওঙ-মতৌ ওনখি অমসুং হৌজিক্কী হারগী শরুক অসী ওই-রকখি। সুংশাগী মৈশানা পৃথিবীগী লৈমায় অসী য়ৈবা মতমদা পৃথিবীগী লৈমায় অসী য়াম্না শাই। অদুদগী তত্তনা নোংনা তাবা মতমদা কেমদুনা লৈরবা লৈমায় অদু ফোং ফোং কায়খি। অদুদগী সুংশিংনা অদুগুম্বা ক্রোং ক্রোং কায়রবা উকুম্নচিংবা অদু মফম অমদগী মফম অমা তাম্না পুদুনা পৃথিবীগী লৈমায় অসী অথোৎপা লৈরোল অমা ওলহনবা ঙমখি। অসুম্না তত্তনা তৌরকপা মতমদা পৃথিবীগী লৈমায় অসী ক্রোং ক্রোং লাউবা হার চেনবা অমসু ওইহল্লে। চহী খুদিংগী নোং তত্তনা তাবা মতমদা পৃথিবীগী লৈমায় অসী থোৎলি। মতম অদুদা নোংনা লৈমায় অসী য়াম্না চামথোকই। অদুগুম্বা নোং অদুনা কয়িগুম্বা অকুৎপা মফমদা ঈশিং মরী অমা ওইনা পুম্না চেম্বরকপা মতমদা অসুম অসুম পাক-চাউথোরক্লুনা ঐথোয়গী তুরেলশিং অসী ওনখি। তুরেলগী ঈচেম্না তত্তনা লৈমায়দা চেনবা মতমদা লৈমায় অসী থরা থরা অসুম চামথোকখি অমসুং ঈনাংগুম্বা

শরূক অদুনা সমুদ্রদা অসুম অসুম তাবা মতমদা য়্যামখৎলকুনা মমৈদা সমুদ্রগী শরূক থরা কংফাল ওল্লকখি। অদুদগী মতম কুইনা নোং চুকরগা সুংশা কয়া শারকপা মতমদা লৈমায় অসী চেকথাই অমসুং লৈবাক মচেৎ মচেৎ কেল্লকই। অদুগুম্বা লৈকূপ মরীক মরীকশিং অদুনা সুংশিংনা অসুম মফম অমদগী মফম অমা তাম্না পুদুনা চৎলগা অকুংপা মফমদা পৈশিল্লুই। অসিগুম্বা মওঙদা চহী লাখ লাখ, কোতি কোতি পৃথিবীগী লৈমায় অসদা অওনবা পীরকপনা মতম অমদা চীংদুম ওইরম্বা মফম অদু অকুংপা মফম ওইরকখি; অকুংপা তম্পাক ওইরম্বা মফম অদু লৈপুং ওইরকখি। মতম অমদা সমুদ্র ওইরম্বা মফম অদু কংফাল ওইরকখি।

য়ুহারাবা অমসুং পৃথিবীগী অকনবা লেঙলকপা মতমদসু পৃথিবীগী লৈমায় অসিদা অওনবা য়াম্না পী। ঐখোয়গী পৃথিবী মসুং অসী পৃথিবানা ঈংথরকপগী মতুংইন্না অসুম অসুম চিংশিল্লকই। চিংশিল্লকপা মতমদা পৃথিবীগী করিগুম্বা লৈরোল অমা হেক নাম্বখিবা য়াওই। মতম অদুদা অদুগুম্বা লৈরোল নাম্বখিবা ঘপাদা করিগুম্বা চীংগুম্বা লৈরম্বা থোক্লবদা চীং অদু লূনা পুথখি অমসুং অকুংপা তম্পাক ওনখি। অদুগা সমুদ্রদনা করিগুম্বা চীংদুম ওইনা হেক ফাওগৎলকই। . মৈগী চীং পোকখায়বা মতমদা পৃথিবীগী মসুংদগী লাভা হায়বা লৈপাক



ভিসুভিয়স মৈগী চীং পোকথারবদা পম্পিয়াই সহর মীয়ামগা লোয়ননা মুমখনখি ।

জাৎ অদু কাপখোরকই। অদুগুম্বা কাপখোরকপা লাভা অদুনা হায়রগী পৃথিবীগী লৈমায় অসী হেক ননশিনখিদুনা অনৌবা মওঙগী হায় শেম্লকই। মৈগী চাং পোকখায়রবা মতমদা সহর কয়া মীগা লোয়ননা ফুমজনখিবা য়াম্না খোকখি। খুদম ওইনা ভিসুবিয়স হায়রবা ইটালীদা লৈবা মৈগী চীংদুনা পোকখায়রকপা মতমদা পম্পিয়াই সহর অদু মীগা লোয়ননা লোইনা ফুমজনখি অমসুং অনৌবা মী কোক্লবা লমজাউ শেমখি। হায়রিবা সহর অসোগী দলাল অতেক অকায়দু হন্দক্তা লৈম্নুং তৌবদা থেংনখি। হায়রিবা থৌদোক অসী চহী লিশিং ৪।৫ রোমগী মমাঙদা থোকখিবনি। মতৌ অসুম্না পৃথিবীগী লৈমায়দা অওনবা কয়া থোকপা অসীনা মশীং থীঙম-দ্রবা উমং কয়া লৈন্নুংদা ফুমজিনখি। মদুনা মতম কুইরগা ঐখোয়না হৌজিক লৈন্নুংদগী ফংলিবা কয়লা অমসুং পেট্রোলি-য়ম্বচিংবা অসী ওনখিবনি। পৃথিবীগী লৈমায়থক অসিদা অদুগুম্বা অওনবা থোকপনা জাব কয়া লৈন্নুংদা ফুমখিবগী প্রমাণ অসা করি করিগুম্বা মতমদা লৈম্নুং তৌবদা লৈরম্বা মীগী শরূগী মকম অমদা শা-ঙাগী লৈরম্বগী মওঙ মতৌ অদুদগী ইরায় লায়না উৎপা ঙমই। করিগুম্বা মফম অমা নোং য়াম্না তারম্বদগী তাথিদবা য়াওই। অহানবদা হায়রিবা মফম অদু চাং লৈরমই। অদুদগী পৃথিবীগী লেঙথোক লেঙ-শিন অমদা য়ুহারাবগুম্বদা অদুগুম্বা চাং অদু পুম্থিদুনা

কুৎথক্লে। অদুদগী সমুদ্রদগী পাইরকপা নোংগী লৈচিন অদু খিংবিনবা চাং লৈতবদগী হায়রিবা চাং লৈরম্বগী ময়াদা লৈবা লৈবাক অদু নোং তাদ্রে! মতুদগী ঐখোয়গী নোং তাদ্রবা, ঈশিং মশক ঊদ্রবা অমদী লৈঙোইদনা ক্রোং ক্রোং হৌদুনা লৈপ্রবা উ-বা হৌবা ঙমদ্রবা মরুভূমি অসাসু ওনখিবা য়াওই।

মতৌ অসুম্না ঐখোয়গী পৃথিবীগী লৈমায়থক অসী মতম মতমগী খোঁদোক মতুংইন্না অওনবা কয়া তত্তনা থোকই।

---

## ৭। পৃথিবীদা জীব পানবা লৈরকপা

পৃথিবী অসী অসুম অসুম ঈংশল্লক্তুনা ঈশিং নুংশিৎন-চিংবা জীব পানবশিংনা লৈবদা চঙবা মচাক পূম্নমক লৈরক্লে। মতম অদুদা পৃথিবীগী লৈকংগী শরূক পূম্নমক অসা পাম্বী মচা মথল মথল হৌরক্লে। হায়রিবা পাম্বী মচাশিং অসা করম্না হৌরক্লিবনো হায়বসি ঐখোয়না খোইদোক্না মুন্না খঙবা ঙমদে। অদুবু মখোয় অসী পৃথিবীনা ঈংশল্লক্তুনা ঈশিং নুংশিৎ নাই-রক্লবা মতম অদুদা করিগুম্বা খেন্নবা মওঙগী ঈশিং নুংশিৎ অমদী লৈপাক্কা তিন্নরগা হেক্তা ওল্লকপা ওইখিবা তাই। মরমদী হায়রিবা মতম অদুদা পৃথিবী অসী মরু ওইনা কার্ব্বণ ডাই-ওক্সাইড কৌবা নুংশিৎকী গ্যাস মথল অসীনা মরাং কায়না

কুপশল্লমই। হায়রিবা কার্ব্বণ ডাই-ওক্সাইড কৌবা গ্যাস মথক সমানা মুংশিং, মুংশা, ঈশিং অমদা লেপাক্কা মথক থংবা অথোংপা শক্তক অমাগ তম্নরকপা মতমদা ঐখোয়গী ওসি লৈরিবা মথক মথেলগী ডপ ল রাপাল অমদা মনা-মশিং কয়া অমা পোকহল্লকাখ। * মরম অদুনা হায়রিবা পৃথিবীদা জীব পানবা লৌত্রবগী মতম অদুদা মশীং থাওমদ্রবা মন-মশীং অমদা উপাল রাপাল্ল পৃথক অমা কুপশল্লমই। মুংশাগী মশানা মচুদ্রগী ঈমাং অসিদা য়বা মতমদ ঈশিং ময়াম অসি মনিল ওইনা পাইখৎলকখ অমসং মদুন লৈমায অসিদা লোং ওইনা তত্তনা চুখ মদুনা পৃথিবীদা পাম্নশিংনা অরেপ্পা লৈতনা মরাকায়না হৌখি ওমখি।

মতৌ অসুম পৃথিবীদ মথক মাইকেলগী পাম্বশিংনা ইশং শংনা য়ন্না হৌরবা মতম অদুদ পৃথিবীগী লৈমায় অসিদা মথক মথেলগী জীব মচা মচা থোক্লকপা হৌরে। ঐখোয়না হৌজকতা হায়নরিবা অসিনা মদুদা মীওইবা জাতি অমা পঞ্চ ভূতন হায়বদী মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, অতিয়া অমসুং লৈপাক্কা পুল্লগা শারকপান। মরম অসানা ঐখোয়না থাজ্জে মদুদী পৃথিবীদা জীব পানবনা থোক্লকপা অমী অদুগুম্না পৃথিবীনা লৌরিবগী মতম অদুদা মৈ ( নুমিত্তগী মৈশা ) ঈশিং, অতিয়া

---

* লেখা: গোলমাইটগী 'দি যং আর্থ' কৌবা লাইবিক্কী ৫ শুবা চেপটরদগী

মতম খেন্নবগী মতুংইন্না সংসার অসিদা লৈরিবা জীবশিং অসীসু মওঙ-মতৌ হোংদোরকই হায়খ্রে। হায়র্রিবা য়েংগী কাওবু অসী মীগা য়াম্না নক্কবা মরী ওইনা তৌই হায়বসী মখোয়গী মওঙ-মতৌ মুন্না য়েংলগা ঐখোয়না খঙবা ঙমই। মতম অমদা ঐখোয়না মী-মরাম হায়রগা খঙনবা য়েংগী কাওবু অসী চুম্নগী য়োংগুম মমৈ পাল্লম্বা য়াই। মতমগী মতুংইন্না মখোয়গী মমৈদু তেনশনর্থ অমসুং মমৈথঙদা মশক উবা ফংখিদে। অহানবদা হায়র্রিবা জীব অসী মথুৎ য়াম্না হেন্না শাংলমই অমসুং মমৈথঙদা খরা খরা তেনশিনখির্বন হায়বসী হৌজিক অথঙ অহৈশিংনা পুখোক্লে। মীগা অসুক্কী মতৌক নক্কবা মরী লৈবা অমদী অসুক্কী মতৌক মী মানবা মরমদগী হায়রিবা জীব অসিবু মী-মরাম হায়বদী মীগা চপ মান্নবা (বন-মানুষ—হায়বদী মমাংঙৈদা ময়ুম মকৈ শাবা হৈনজ্রিঙৈদা উমংদা লৈরম্বা মী) হায়না খঙনখি। মীওইবা জাতিনা বুদ্ধি-লৌশিং খরা হেনখ্রবসু হৌরম থুদিংমক্তা মীগা চপ মান্নবা জীব অসীনা মীওইবগী হৌরকফম লেম্ফ্রুনি হায়বদা খোইদোক্না চিংনিঙাই লৈফম খোক্তে। হায়রিবা মী-মরামগী কাওবু অসীনা মতম কুইনা উমং-রামংদা কোয়দুনা লৈরমই। মখোয়গী বুদ্ধি লৌশিংগী অহেনবা খোপ লৈরমই। চহী লাখ কয়া কয়াগী মমাঙদা হায়র্রিবা জীবশিং অসীনা উমংদা পুল্লপ পুল্লপ লৈরমই। মমৈথঙদা মখোয়গী মওঙ-মতৌ অসী মতমগী মতুংইন্না খরা

খরা ওল্লকখি। মতু য়াম্না হৌরম্বা হৌখিদে, মমৈ মশাংবদু পানখিদে। মীওইবনা মী-মরামগী মওঙদা লৈরিবৈদা মমৈ পাল্লমই হায়রবসী চিংনঙাই লৈতে। ওসি ফাওবা ঐখোয়গী খ্বাংগী তুংথংবা মথা অসিদা খরা তোঙখোকপা লৈরিবসী মী-ওইবনা মমৈ পাল্লম্বদগী তেনশিনখিবগী মফমদা হায়নরি। মতৌ অসুম্না মীওইবনা অসীগুম্বা জীবদগী ওল্লক্তুনা মীওইবা হায়বদু ওইরকপা মতমদা অহানবদা মীওইবসী য়োংগী মশক্তগী খরদমক থেমৈ। অদুদগী মথং মথং খরা খরা থেম্মরকপনা মমৈথঙদা ওসিগী মীওইবগী মশক অসী তারকখি। হায়রিবা হৌরম অসীগী থাজবা য়াবা মওঙ অদু ডব্লিউ, এম, কোলিন্স সন্স এণ্ড কোঃ লিমিটেড ( W. M. Collins Sons and Co. Ltd. ) না ফোঙবা "ডি ৱন্দর ৱর্লড ওফ নেচর" ( The Wonder World of Nature ) কৌবা লাইরিক অদুদা অয়েকপগা লোয়নন' পীরি। মীনা হায়রিবা য়োংগী কাওবু অসিদগী হেক ওল্লকপা অসী চহী ১০,০০,০০০ ( লাখ ১০ ) রোম শুরে। মতম অদুদা মীওইবা অসী হায়রিবা য়োংগী কাওবু অসীগা করিমতা থেম্মরমদে অমসুং মতু য়াম্না চোম্নমই। অদুগা মমায় অদু য়োং মমায়গা চপ মান্নরমই। অদুদগী মীগী মওঙ খরা খরা তারক্তুনা নুংনা শা-ঙা থোম্নগা অমদী থুগাইরগা চারম্বা মতম অদু চাউরাক্না চহী ৩,৫০,০০০ ( লাখ ৩ লিশিং ৫০ ) রোমগী মমাঙদনি। অদুদগী খরা

খরা শিং লক্কুনা শাগী মউম্না কি ওইনা লেংলবা মতম অসী চহী ১,৫০,০০০ ( লাখ ১, লিশিং ৫০ ) রোমগী মমাঙদনি। অদুদগী মীগী চপচাবা মশক তারক্কুন থাং-লেন শারগা শা-ঙানচিংবা তানবা অসানা চহী ৪০,০০০ ( লিশিং ৪০ ) রোমগী মমাঙদনি। অদুদগী মীওইবগী হৌনবী গুণ লেরক্কুন যি শাদুনা লেং-ইনবা হৈরকপা অস' চহী ৩০,০০০ ( লিশিং ৩০ ) গী মমাঙদনি। হ'য়রিবা মতাং অ'সনগী মীওইবনা মথং মথং




(১) চহী লাখ ১০ গী মমাঙদা লৈরম্বা মী।

(২) চহী লাখ ৩ গা লিশিং ৫০ গী মমাঙদা লৈরম্বা মী।

(৩) চহী লাখ ১ গা লিশিং ৫০ গী মমাঙদা লৈরম্বা মী।

(৪) চহী লিশিং ৩০ গী মমাঙদা লৈরম্বা মী।

অশিংবা অমদী চাওখৎপগী মওং খরা খরা তাররে। মতৌ অসুম্বা সংসারদা লৈরিবা জীব পুম্নমক অসী মতম থেন্নবা অমদী সংসারগী থেংডচৎনা হে'দেক-হোংজিন তৌবগী মতুংইন্না অসুম অসুম মওং মতৌ হোংদোরকই হায়বসী পণ্ডিতশিংগী কম্না খাজনবা হৌবমনি। হয়রবা পৃথিবীগী জীবশিংনা অসুম্বা অওনবা মশক লৌকপসী মতম খ'জক্কদা লাকপা নত্তে। অওনবা অমমম লাকপদ খরা খরা ওইনা মশক ওন্থোরকপদা চহী লাখ কয় কয়া চওই। হৌজিক অথোইবা পণ্ডিতশিংনা কন্না মত পী'র মতুদা মীওইবা জাতি অসী অসুম অসুম মখূৎ তেনশিল্লক্লি। মসানা অসুম তৌরকপগী মরমদী ঐথোয়গী নোংমা নোংমগী হোনকলিবা শাজৎ-লীচং অসীনা মাওইবগী মওঙ মতৌসু অসুম অসুম ওল্লকই। বিজ্ঞাননা চাওখৎলকপা মতুংইন্ন খূৎনা থবক কন্না নেম্বগী শক্তি হাংদলকপা মরমনা খুৎকা মখো কননা হংদলকই। মরম অদুন ঐথোয়গী অঙ্গ'বা থাক হত্তররব খূৎনা চহী লিশিং লিশিং খুদীংগী তেনশিল্লক্লি হায়রি। চহী লাখ কয়াগী মতুংদদী ঐথোয়গী ওস ওইরিবা মওঙ-মতৌ অসী পুমওন ওল্ল'খগনি। মতম অমদদী মী-ওইব অসী মখূৎ অসুক্কী মতীক তেনখিদুনা য়'দা পোৎ হুকপা ফাওবা বান, থারবা য়ারি হায়না পণ্ডিতশিংনা পুথোক্লি।

## ৯। মীওইবনা নৌরিবৈ।

মীওইবনা য়াম্না নৌরিবৈ মী-মরামদগী ওল্লকপা কুইদ্রিবৈ মতম অদুদদী মীওইবা অসি হায়গী শাগী শাজং অত্র ইহোং হোংলমদে। অদুগী মথক্তা হৌজিক্কী মতৌগুম্না মীওইবা অসী শিংলমদে। শা-ঙাগুম য়াম্না পঙলমই। উমং-ঙ্রামংদা কাওবু কাওবু ওইনা কোইচং চংতুনা লৈরমই। মীওইবগী অরেপ্প' লৈফম লৈরমদে। মথোয়না মফি মরোল অমতা শেংলমদে। মরমদী মতম অদুদা হৌজিক্কী মতৌগুম্না খুং-শা হৈবগী থবক অমতা তৌরমদে। উমংদগী উহৈ-ঙ্রাহৈ অহিংবা ওাক্তঃ চারমই। অফং-অফংবা শা-ঙা হিংনা চারমই; অহিংদা শুরুংদা নত্রগা মনা পূংবা উথাদা তুন্নমই। মথোয়না শা-ঙা হাংপা মতমদা করিগুম্বা খুংলাই অমতা শীজিন্নরমদে। মুওদুম অমদী লৈতুন্না শা-উচেক থোমদুনা হাংলগা হিংনা হিংশাই শাঃরমই। মৈ শীজিন্নবা হৈতবা মরম্না মীওইবা অসীগী চাওখংপগী হীরমদা খ্বাইদগী চাউবা অথিংবা পল অমা ওইরমই। হৌজিক্কী মতৌগুম্না সমাজ লিংনা পানবগী মওঙ অসী লৈরমদে। মতম অদুদা মীওইবা অসী মচোই মচোই তাদুনা শা-ঙাগুম পুন্সি লেল্লমই।

## ১০। মীওইবনা খরা চাওখৎলকপা

মীওইবনা মতৌ অসুম্না শা-ঙাগী মতৌগুম মতম কুইনা পুন্সি লেনখি। হায়রিবা মওঙ অসী ওসিদগী চহী লিশিং ২০ লোমগী মমাঙ ফাওবা অদুম তৌরমই। অদুদগী মীওইবগী মশীং অসী অসুম অসুম য়াম্মখৎলক্নে। মীশীং য়ামখৎলকপা অদুক মীওইবগী শাজৎ লৌচৎ অসীসু অহোংবা অমা লাক্নে।



মীওইবনা অহানবা মৈ থেংনরকপা মতমদা য়াম্না ঙক্না থোকই।

মথোয়না মতম কুইনা নোং-নুংশিৎ মরক্তা শা-ঙাগুম খাঙদুনা লৈবা অদু পম্লক্নে। মথোয়দা অনৌবা বাখল অমা লাকখি মদুদী উচেক-বায়ানা উপাগী মথক্তা মকোল শাদুনা লৈবা অদু

উরুরগা মাওইবগী মপুক্কীংদসু য়ুম শাদুনা নুংঙাইনা লৈবগী ভাব অসী লাকখি। মরম অদুনা মখোয়না কাঙবু কাঙবু শেমদুনা উনা-রানা অমদী উশা-রাশা ময়াম খোমজল্লগা উরি-রারিনা পূনশন্দুনা উচেক মহুমগুম লৈবা য়াবা মফম শেমখি। মসীনা মীওইবনা ইহানহানবা য়ুম শাবা হৌরকপগী মওঙান। করি করিগুম্বা মতমদা মীওইবনা নুংদুম অমনা নুংদুম অমদা পাম্নবা থাবা মতমদা মৈরি থোকপা থেংনৈ। মখোয়না মদুগী মরমদা মুন্না খঙনিংখি। মরম অদুনা মীওইবনা মতম অমদা নুং অনী নত্রগ য়োং অনী তক্করগা মতুদগা থোরকপা মৈরি অদু মৈ হৌগনবা অকংবা উনা-রানা নত্রগা লাশিংগুম্বদা তাহনখি। মদুম্না তোয়না তোয়না মৈরি তাহন্দুনা শাম্নরকপা মতমদা নোংমদী ইথঙ-খঙহৌদনা তশেংনা মৈরি থোরকতুনা উনা-রানাদু চাকখৎলকখি। মতুদগী থোরকপা মৈশা অদুনা মী-ওইবনা মে হায়বা পোৎশক্কু করিনা অমসুং মৈ হায়বসা ইংথম-থাগী মতমদদা য়াম্না নুংঙাইরবা পোৎ অমনি খনবা হৌখি। মতৌ অসুম্না মখোয়না ফংলিবা মৈদু মথং মথং লৌনরক্তুনা ইংথম্রবা মতমদ শীজম্নখি। মৈ মশক খঙলবা মতমু অদু ফাওবদা মীওইবন মৈনা থোং-থাকপগী মরমদী করিমত্তা খঙলমদে। অদুবু মতম থরগা মতুংদা মখোয়গা মরক্তগী কনাগুম্বনা মখোয়না ফারকপা শা-ঙাদু মৈনুংদা চাকথেকহল্লগা

কাহন্দুনা চারুরে। মতুদা মৈদা মুলহল্লবা শা-ঙানা অহিংবনগী য়াম্না হেন্না হাউই হায়বসা মীওইবনা মথং মথং খঙনখি। অদুদগী মীওইবনা হেক য়ারিবমথৈ চানব' পোৎ খুদাংমক হিংনা চাবগী মতূত্তা মৈদ' মুলহল্লগা চানখি। মৈ শীজিন্নরব মতুং-দদা মখোয়না কৌ অসী অরেম্বদা চানব' য়াদবা পোৎ ওইনা লৈরম্বদগী মৈদ ঈশিংগা ফুংলবদা হাউই হায়বসী খঙখি অমসুং মমৈথঙদা চাক থোংদুনা চাবগী মওঙ অসাসু লাকখি।

উচেক-ব্রায়াশিংদী মতু য়াম্না পানবা মরম্না অঙ্গংবদা লৈরবসু খোইদোক্না ব্রাদে। অদুবু মীওইবদা নোং তাবা মতমদা নত্রগা ইংথমথাগী অহিংদা ঈংবা অসী খাঙবা ঙমলমদে। অদুম্নদী ওইরবদা চহী লিশিং কয়াগী মমাঙদদা হৌজিকী মতৌগুম্ন' খোইদোক্না ঈংলমদে। অদুম ওইনমক ইংথমথাগী মতমদা মীওইবনা ইকোক কোকনা লৈনবসী য়াম্না ব্রারমই। মরম অদুনা মখোয়না উনা-ব্রানা ময়াম পৈশিল্লগা মতুদা ওমদুনা লৈনরম্মী। অদুবু অসুম তৌবন' মখোয়দা পেল্লমদে। মমৈথঙদা লশিং মপাম্নচিংবা ময়াম অসী মথং মথং উরী-ব্রারী-না পুনশন্দুনা হকচাংদা কুপশনবা মতমদা য়াম্না নুংঙাইরবা মওঙ অমা থোকপ্রে। অসীগুম্ব' মওঙদা মীওইবনা ফি-রোল শাদুনা শীজিন্নবগী মওঙ অসী লাকখি। মতৌ অসুম্না মী-ওইবনা লৌ উবনা কাম্নবা, মৈ শীজিন্নবনা কাম্নবা অমদী অতৈ অতৈ কাম্নবা হীরম কয়াসু মথং মথং পাঙথোরকখি।

ইহান হানবদা মীওইবনা ধাতু শীজিন্নবা হৈরমদে। অদুবু মৈ শীজিন্নবা হৈরবা চহী লিশিং কয়াগী মতুংদা মীওইবনা মথল মথলগী ধাতু শীজিন্নবগী কান্নবা খঙবা ঙম্মখি। অনৌ অনৌবা রাখল অস্তুম পুথোরকপগী মতুংইন্না মীওইবনা ধাতুনা শীজিন্নবা য়াবা থৃৎস্ন-থৃৎলোই কয়া শাবা হৈখি। অহানবদা মখোয়না কোরিদনা থাং-তেন শাদুনা শীজিন্নরমই। অদুগী মতুংদা মখোয়না য়োৎ শীজিন্নবস্ ঙম্মখি। য়োৎনা মথল মথলগী কান্ন-কান্নরবা থৃৎশু-থুৎলাই কয়া শাদুনা মদুনা শা-উচেক কয়া হাৎলগা চাখি।

অসীগুম্বা মওঙদা মীওইবনা নোংম নোংমগী লৌশিং চাওখৎপগী থবক কয়া তৌরকপনা মযৈথঙদা শা-ঙাগী মতৌগুম পুন্সি লেল্লম্বদু তোকখি অমসুং হৌজিক্কী মীওইবগী সমাজ অসী মথং মথং তারক্কুনা ওইখিবনি।

---

## ১১। মীওইবনা সমাজ লিংদুনা পানবা হৌরকপা

মীওইবসী অহানবদা মচোই মচোই তাদুনা লৈরমই। মীশীং য়ামথৎলকপা অদুক কাঙবু কাঙবু কয়াস্তু থোক্লখি। করি করিগুম্বা মতমদা কাংবু অমগা কাঙবু অমগা থৎন-

চৈনবা কয়াস্থ খোক'খি। গতমগী খোঙচংনা অস্থম চঙশল্লকপা অদুক মীওইবনা সমাজ শিংনা পানবগী মওঙ অসীস্থ তারকখি। মথল থরগী উচেকশিংনা মপৈ মপৈ পাইদুনা চৎপদু উরগা মীওইবস্থ ময়াম পূম্না মকম অমদগী মকম অমা তাম্না চৎপসী পামখি। মরম অদুনা মীওইবশিংনা পুল্লপ পুল্লপ ওইনা পৃথিবীগী মকম মকম খুদীংদা কোয়না চৎখি। করিগুম্বা লৈবদ' খুদোংচাব' নুংঙাইবা মকম ওইরবদী মথোয়না অদুগুম্বা মকম অদুদা মতম য়াম্না কুইনা ময়ূম-মকৈ শাদুনা লৈবস্থ চৎনখি। অস্থম্না মীওইবনা মপৈ মপৈ ওইনা লৈবা হৌরকপা অসিদা ময়ামগী মরক্তা পূকচেল তম্নদবা য়াওরকপদগী থৎন–চৈনবা কয়াস্থ খোক্লখি। অদুবু হায়রিবা মতম অদুদা অস্থুম্না থৎন–চৈনবসী থিংখিনবা মীওই কয়া য়াওরমদে। মরম অদুনা করিগুম্বা থৎন–চৈনবদা তাইশম্নবগী মহুত্তা নাকপাক নাকপাক তানদুনা থৎনবা অসীস্থ চৎনরম্মী। মরম অদুনা মতম অদুগী মীওইবশিংনা অপূনবা সমাজ হৌজিকী মতৌগুম্না লিংবা ঙমলমদে। অদুবু মীওইবনা অস্থম্না পুল্সি লেনবসিদগী মমৈদদী অহোংবা ঈচেন অমা লাকখি। করিগুম্বা মকম অমদা মী মপৈ অমা লৈরবদী ময়ামদুগী মরক্তা থরা মচীন চৎপা নীপা অমনা ময়াস্থ মানা লমজিংবিনীংবা মায়কৈদা লমজিংবা ঙমখি। অসীগুম্বা মওঙ অসিদা মীওইবনা কাঙবু কাঙবু নাইনরগা কনাগুম্বা মুপা অমবু মথোয়গী মকোক্ থোংবা ওইনা

হাপখি ; অহুদগী অসুম্না ময়ামগী লুচিংবা হাপ্লসী মমৈদদী চৎনবী ওইনা চৎনখ্রে। হায়রিবা মকোক থোংবা সুপা অহুনা খৎন-চৈনবা থোক্লকপা মতমদা তাইশময়বা ওমখি। অহুগা কাণ্ডবু অমগা কাণ্ডবু অমগা খৎন-চৈনরকপা মতমদা মখোয় মখোয়গী লুচিংবনা লমজিংহুনা হৌজিকসী লাল তৌবগী মওঙ অসী তাহনখিবনি। অসীগুম্বা মওঙদা মীওইবশিংনা নিংথৌ শেম্বগী চৎনবী অসী চল্থখি।

অসুম্না নিংথৌ শেমহুনা কাণ্ডবু কাণ্ডবু নাইনবা অসীনা মমৈথওঙদদী অহুগুম্বা কাণ্ডবুশিং অহু অসুম অসুম চাউখোকন-



মীয়াম্না খনবা নিংথৌ অসীনা মীয়ামগী বায়েন থৌদায়ি।

য়হুনা চাউয়বা জাতি অময়ম শেম্লখি। জাতি শেম্লহুনা লৈনয়বা মতম অহুদদী মীওইবনা লৈবাক লিংখৎনহুনা অয়েপ্পা মওঙদা পানবা হৌরক্লে। আইন কয়া শেম্লহুনা লৈবাক ঈংনা

পান্নবা থোরাং তৌনরক্লে। মতৌ অসুম্না ঙসিগী ঐথোয়গী সমাজ অসী খুল্লিংবগী মওঙ অসা তারকখি। অহানবদা মী-ওইবনা মকম অমদগী মকম অমদা কোয়চৎ চৎতুনা লৈবদা খুদোং চাগদবা মকম য়েংডুনা লৈনরম্মী। মতুদা কাঙবু অমগা কাঙবু অমগা লাল তৌনডুনা অঙম্বনা ঙমদববু মখাদা থম্বা অমদী লুট তৌবিবনচিংবা চৎনরম্মী। অসীগুম্না অমগা অমগা লাল তৌনডুনা নমথনবগী মওঙ অসী ঙসিসু অদুমক তৌনরিবা অসীনি। ঙসি ঐথোয়গী পৃথিবী অসিদা মথল মথলগী জাতি লৈরি অমদী জাতি পুম্নমক মত অমতা মান্নদে; তোঙান তোঙানবা ধর্ম্ম চৎলি। অদুবু হায়রিবা জাতি পুম্নমক্কী মথায় থায়নগী চহা লিশিং ২০ লোমগী মমাঙদা লৈরম্বা মপা মপু অদু ইমুং মনুং অমতা ওইরমই।

মতো অসুম্না মীওইবনা সমাজ লিংদুনা পাংবা অসী হৌখি। অমগা অমগা মতেং পাংনদুনা থবক তৌবা অসীনা মীওইবগী থাইদগী চাওথৎপ'ন হায়রবাসু থঙনখি। অসী-গুম্বা মওঙদা মীওইবনা নোংম-নোংমগী চাওথৎলক্কুনা ঙসিগী ফীবম অসী ভাখি। অনৌ অনৌবা রাখল কয়া পুথোক্লরক্কুনা সুংঙাইবা মওঙগী পুক্নি লেম্নবা হৌখি। অদুম ওইনমক মীওইবনা খৃষ্টকী মতুং চহী চা ৪ ফাওবদী পৃথিবী অসী কয়া পাক-চাউবগে অমদী মকম কদায়দা করম করম্বা লম লৈবগে হায়বসীগী মরমদদী থোইদোক্লা থঙনরমদে। মথোয়-

না লম কয়া কয়া কোয়না চৎনরবসু মা ওইবনা চৎপদা ৱায়বা উনগী লমদম নত্রগা অপাকপা সমুদ্র লান্দুনা চৎপদী কয়া ওল্লমদে। মরম অদুনা মীওইবনা পৃথিবী শীনবা থুংনা লৈরক্লবসু ৪ শুবা শতাব্দা ফাওবদী মীওইবনা পৃথিবীদা লৈবা অসী মপুং ফারমদ্রী হায়বা য়াই। অনৌ অনৌবা লম কয়া পুথোক্লরকলবা অমদী লৈবাক অমগা লৈবাক অমগা মশক খঙনরক্লবা মতম অত্রদগী মীওইবনা অমগা অমগা লৌশিংগী অমদী খুৎ—শা হৈবগী ৱাথল লামশন্নদুনা ওসিগী খঙচাও চাওথৎপগী মওঙ অসী লাকখিবনি। মরম অদুনা পৃথিবীদা মীওইবনা লৈরক-পগী মপুং ফাবা অদু তাররক্লবগীদমক্তা অনৌ অনৌবা লম পুথোক্লুনা অরবা কোঙ্গাঙ্গ থাওখিবা মীশকশিং অদুগী শগ্নপ্পা ৱারি মথাদা পিরকখিগনি।

---

## ১২। পৃথিবীগী মী জাৎ

মীওইবনা অহানবা হৌরকপা মতমদদী মীগী জাৎ অসী অনী শুরমদে হায়বা য়াই। অদুবু পৃথিবী অসিদা মীগী মশীংনা অসুম য়ামশল্লকপা অদুক মীগী জাৎসু য়াম্না থায়দোকপ্রে। পৃথিবীগী মফম পূম্নমক অসী ঈশিং—মুংশিৎ চপ মান্নদে। করিগুম্বা মফমদনা য়াম্না শাই, করিগুম্বা মফমদনা য়াম্না ঈংই। করিগুম্বা মফমদনা নোং য়াম্না তাই, অদুগা করিগুম্বা মফমদনা

নোং ইতা তাদে। মফম অমদা থা ৬ সুমিৎ থোক্লগা মফম অমদা থা ৬ সুমিদাং ওই। অসুম্না ঈশিং–সুংশিৎ থেম্নবা অদুক মীওইবগী মওঙ–মতৌসু থেম্নে। অশাবা লমদা লৈবা মীনা ∕চু মুই অমদী অঈংবা লমদা লৈবা মীনা কুচু ঙৌই অমসুং অঈংবদা থাঙবা কল্ল। মরুভূমিগী লমদা লৈবা মীনা ঙা কয়া চাদে অমদা শা–ঙানা অয়াম্ব চায়। মরমদী মরুভূমিগী লমদা ঙা ফংদে। অঈংবা লমদা লেবা মীনা অশাবা লমদা লৈবা মাদগী বুদ্ধি–লৌশিং হেম্না কৈ। পৃথিবী অসিদা মফম অমদা হৌব মনা–মশীংগা অতোপ্পা মফম অমদা হৌবা মনা–মশীংগা য়াম্না থেম্নে। অসোগুম্বা মওঙদা থেম্নবা অসানা মীওইবগী শাজৎ লাচৎ অমসুং ব্রাঙাং–শাঙাংদা য়াম্না থেম্নবা মতাং লাকই। অদুগী মথক্তা ঈশিং–নুংশিৎ থেম্নবনা মরম ওইদুনা পৃথিবীগী মীওইবগী মশক মওঙসু য়াম্না থেম্নে। হৌজিকী মতমদা পৃথিবীদা লৈরিবা মীশাং অসী মথল য়ামই। অয়াম্বদী শাজৎ অমদা ধর্ম্ম থেম্ননা চৎপনা মরম ওইদুনা পৃথিবীগী জাৎ মথল কয়া অসী থায়থবান। তশেংনা মশক মওঙ থেম্নবা য়েংদুনা মীওইবগী মথল অসী থায়বা তারবদী মথল মরিদা থোক্লা থায়বা য়াই

১। মঙ্গোলিয়ান জাৎ :—

কাঙবু অসানা মী জাৎ মথল ৪ গী মনুংদা খ্বাইদগী

মীশীং য়াম্বা অথোইবা কাঙ্বুনি। জাৎ অসী কুচু নাপু-



হাইফেৎ শাবা, মনাতোন ভুমদবা, মমীৎ খূবা, মশম মুবা অমদী মকোই মরাং ,পংচোম চোমদবা জাৎনি। জাপান, চিনা, ব্রহ্মা, মালয়নচিংবা লমদা লৈবা মীওইশিং অসী মঙ্গোলিয়ান জাৎকী মী ওাক্তনি। পৃথিবীগী মীশিংগী চামদা ৪৩ দি মঙ্গোলিয়াননি।

## ২। ককেশিয়ান জাৎ:—

ককেশিয়ান হায়বা জাৎ অসী অহানবদা ককেশিয়াস হায়বা ইউরোপকী চীংশাং অতুগী মথোঙদা খুন্দারমই।



মথোয়না অসুম মচা মশু য়ামথোক্লকুনা মমৈ-থঙদা ইউরোপকী মফম অয়াম্বদা খুন্দাখি। কাঙবু অসী ৱাং-চাউবা, মনাতোন তুম্বা, মমীৎ পঙখু খুদবা, কুচু ঙৌবা, মশম-মনা পঙমু মুদবা জাৎ অসীনি। মথোয় অসীগী মগুং চনবা মীওইদী ইউরোপিয়ান, হিন্দু, আরাবিয়ান, আফগান, জু, পার্সিয়ান, অৱাং আফ্রিকাগী মীওই, আমেরিকা অমসুং অষ্ট্রেলিয়াদা লৈবা ইউরোপিয়ান অসিনচিংবা অসীনি। মথোয়শিং অসী মথৌনা কৈ অমসুং মরোশিং য়াম্না চাওখৎলি। পৃথিবীগী মীশিংগী চামদা ৩০ দি ককেশিয়াননি।

৩। নেগ্রো জাৎ:—

জাৎ অসী অতৈ জাৎতগী ইতোপ তোপই। মখোয় অসী মহৌশানা আফ্রিকাদা লৈবা মীনি। মখোয় অসী অশাবা মহাদেশতা মহৌশানা লৈবা মরম্মা কুচু য়াম্না মুই অমসুং মখোনা, মরৌশিং চাওখত্তে। মরম অচুনা মমাঙথৌদগী হৌনা জাৎ অসী অতৈ অতৈ চাওখৎপা জাতিনা লোই চন্দুনা লাকই। মখোয়শিং অসো মশম য়াম্না খোই অমদী মখোয়গী শাক্লৎ অমদী মরোমচিংবা পূন্নমক



অতৈদগী য়াম্না তোঙাল্লি। নেগ্রো জাৎ অসী মহৌশানা খোইদোক্লা য়াং চাউবা জাতি নত্তে। পৃথিবীগী মীশিংগী চামদা ২৪দি নেগ্রোনি।

৪। মেরুগী মী:—

মেরুগী মীশিং অসী ইতোপ তোপ্পা মীনি। মখোয়গী খোইদোক্লা চাউবা কাওবুদী এস্কেমো হায়বা কাওবু অসীনি। হায়রিবা মীওইশিং অসো পৃথিবীগী মীওই অতৈদগী তোপ-তোপ্পা তোঙানবা পৃথিবী অমদা লৈখ্রবা মীওইবনি হায়বা য়াই। হায়রিবা মীওইশিং অসীগী পুন্সি অমদী য়ুম্বাল-কৈবাল থস্লুবদা খোইদোক্লা মুংশি। মখোয়না শা-ঙাগী পুন্সি মরেন্দা ওসি ফাওবা লেল্লি। ঈংলবা উনগী লৈবাক্তা

লৈবা থা কয়ামুক নুমিৎ উবা ফংলবা অতুগা থা কয়ামুক্তা অহিংদা ওইরবা অতুগুম্বা লমদা লৈবা মীওইশিং অসীনা ঐথোয়না হৌজিক শীজিন্নরিবা পোৎ-চৈ অমদী ঐথোয়না চারিবা চীঙ্গাক অসী চাবা নত্রে। মৈ শীজিন্নদবা মরম্না



শাহিং-ঙাহিং চাবা অমদী উনগী সমুদ্রদা মথোয়গী চানবা ঙা অমদী শা থিবা অমসুং উম্না য়ুম শাহুনা লৈরবা কাঙবুনি। মথোয়গী মশক্তি মঙ্গোলিয়ানগা থোইনা থেম্নদে। মথোয়গী কুচুদী থোইদোক্না ঙৌই। গ্রীনলেণ্ড অমসুং রুশিয়াগী অরাং চিদাইদা মথোয়না খুন্দারি। হৌজিক মেরুদা লৈবা

মীগী মশাং অসা অসুম অসুম য়াম্লক্নে। মরমদুনা অতৈ অতৈ জাতিনা মখোয়বু য়োকখৎনবা কম্না হোৎনরি। কালেম্বাগী মতমদ মখোয়গী উনগী যুমদু শোদোকশ্রবা মতম অদুদা মখোয়না দম্বুব মচা মচা থনদুনা লৈ। মখোয়দা থোইদোক্ল লাইরিক লাইশু তম্বগী ভাব লৈতে। মখোয়গী থবক হায়ববু হি মচা মচা তোংদুনা উনগী তুরেন্দা নত্রগা সমুদ্রদ ঙা ফাবা অদুগা মখোয়গী উনদা লৈবা শওম্নচিংবা শিকার তৌদুনা কাবা অসানা মক ওই। মেরুগী মীশিং অসী ভূগোলগী মতুংইন্না মঙ্গোলিয়ানগী মনুং চল্লি।

---

# ১৩। পৃথিবীদা ধর্ম্ম পোক্লকপা

চহী লাখ কয়া কয়া মীওইবনা শা-ঙাগী মতোঙ্গম্না অচুম হরান থঙদন মচোই মচোই তাদুনা লৈরমই। অচুম্বা হায়-বদু করিনো হায়বা মখোয়ন থঙলমদে অমসুং মীনুংসি হায়বা গুণ অদু মীওইবগী মশাদ লৈরমদে। মরম অদুনা মীওইবগী সমাজদা পাপ অমসুং পূণ্য করিমতা থায়নরমদে। অসুম্না অঙম-অঙম্বা হাৎনবা, মখোঙ মরী পানবা শাগী মতৌঙম পুক্সি লেনবসী মতম য়াম্না শাংলমই। ঙসিদগী চহী লিশিং ৪/৫ য়োম ফাওবগী মমাঙদদী মীওইবগী মরক্তা ঙসিগী ধর্ম্ম হায়বসী

লৈরমদে। অদুবু মতম কুইনা অচুম অরান খায়দনা লৈবনা মীওইবগী অৱাবা হেনগৎনবগী খ্বাইদগী চাউবা মরমনি হায়বসী মাওইবগী মরক্তা অশিংবা কাঙবু য়াওরক্নুনা খঙথি অমসুং মখোয়না মীওইবগী মরক্তা ধর্ম্ম শন্দোকপা অসী হৌখি। মীওইবনা অচুম-অরান খায়না চৎনরবা অমদী মতুগী মতুংইন্না থবক তৌবা ঙম্লবদী মীওইবনা শান্তি লৈনা পানবা ঙম্নোইদবগী মরম লৈতে হায়বসী অদুগুম্বা পণ্ডিতশিং অদুনা খঙথি। অদুগুম্বা পণ্ডিতশিং অদুনা অসীগুম্বা মখোয়গী অচুম্বা হীরম অদুবু মীয়ামগী মরক্তা শন্দোকপা হৌখি। অদুগা কনা কনাগুম্বা মীশক্না মীওইবা হায়বসী খঙ্ঙমদ্রবা অথোইবা জীব অমনা শেম্লকই অমসুং মহাক অদু ঐখোয়গী অথোইবা ভক্তি তৌবদা মতীক চাবা অমনি হায়না লৌদুনা অনৌ অনৌবা ধর্ম্ম ঈশ্বরগী মিংদা হৌদোকখি মরম অসীনা সংসার অসীদা অকবা অমদী ফত্তবা মরম কয়াগী ধর্ম্ম অসী থোকখি। অশুম্বা মথল মথলগী ধর্ম্ম হৌদোরকপা অসীনা জাতি মশেলগী মরক্তা অফবা মওঙ অমা লাক্লবসু তোঙান তোঙানবা ধর্ম্ম চৎপা কাঙবুশিংদা নোংম নোংমগী য়েক্লবগী মওঙ অসী হেনগৎলকখি। ধর্ম্ম খেন্নবদনা মরম ওইদুনা পৃথিবীদা মশীং লাকঙমদ্রবা লাঙ্গাও কয়া থোকখি। পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা ধর্ম্ম চৎপা জাতি য়ামই

অমসুং ধর্ম্ম হৌদোক্লম্বা মীওইসু য়ামই। অদুবু মরুওইবা পৃথিবী অসীদা চৎনরিবা ধর্ম্মদী বৌদ্ধ, ইসলাম অমসুং খৃষ্টিয়ান অহুম অসীনি। মথংদা হিন্দু ধর্ম্ম মরুওইবা ধর্ম্ম অমনি হায়বা য়াই। হোঞ্জিক্ মথাদা মরুওইবা ধর্ম্ম হৌদোক্লম্বা মীশিংগী ৱারী শম্লপ্পা পীরে।

গৌতম বুদ্ধ—থায়না মমাংঙৈ চহী ২৫০০ ( লিশিং অনি চামডা ) রোমগী মমাঙদা নেপালগী নেপাল—তেরাই হায়বা মফম অদুৱাইদা কপিলবস্তু কৌবা লৈবাক মচা অমা লৈরমই। হায়রিবা লৈবাক অসীদা সুদ্ধধন কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লমই। মহাক্কী মচানুপা অমতং লৈরমই। অঙাংদুগী মমিং গৌতম কৌরমই। গৌতমগী মমা অদু মহাক্কা হেক পোকপগা অদুম শিখিরমই। মরম অদুনা মমাগা পোকমিন্নবা গৌতমীনা গৌতমবু মমা শক্লা য়োক—থাকখি। মতম অদুদা নিংথৌ মচা ওইনা পোক্লবদী থাং—তা য়াম্না হৈবা অমদী লান্দা থৌবা হায়বা গুণ অসী লৈতবা য়াৱমদে। মরম অদুনা গৌতমবু মপানা মতীক চাবা থৌনা ফবা নিংথৌ মচা অমগী গুণদু লৈনবা য়াম্না থৱায় য়াওনা থাং—তা অমদী অতৈ অতৈ লানগী মহৈ তমহনখি। অদুবু গৌতমদী থাং—তাদা চঙথোনবা অমদী হিংচা—য়াইতমগী থবক তৌৱগা পেনবা মীতা ওইরমদ্রে। মহাক্কী থমোয় অসী অমুক্কী মতীক থোৎলমগ্রে মদুদী

মপানা খল্লম্বা ৱাখল অদুদগী তশেংনা খেম্নরমলে। মহাক্না মখুত্তা লিরুং পায়দুনা শিকার চৎলবসু মখুৎমক্না শা অমতা হাৎপা ঙমলমদে। মরমদী মহাক্না তোল্লবা শা--ঙাশিংবু হাৎপদা মাগী থমোয়দা থাওবা ঙমলমদে। মতম চুপ্পদা মহাক্না মীনা থম্নদবা খোজালগী ৱাখল্দা থন্দূনা লৈখি। মহাক্কী মওঙ-মতৌ অদুবু উরগা মহাক্কী মপানা চিংনদবা ঙম্মখিদে।

নোংমদী গৌতমনা দোলাই তোংদুনা সহরগী লম্বীদা অস্থুম কোয়থোক্লমই। মতম অদুদা মহাক্না লম্বাদা অস্থুম চৎলিঙৈদা লৌউবা নীপা অমনা মাগী ষণ্ডুবু কম্না ফুবদু থেংনরম্মী। মদুদা গৌতমগী থমোয়দা য়াম্না নুংঙাইরমদে। করিগুম্বা মতম অমদা লমখুন্নু অমনা অপীকপা শেন্দ্রাং অমবু তুহৎতুনা চাবা থেংনরম্মী। নোংমদা গৌতমনা দোলাই তোংদুনা অস্থুম চখোক্লিঙৈদা লম্বাদা চৎপদা থক থক নীক্লবা হনুবা নুপা অমা থেংনরম্মী; মহাক্কী শাথোবনা মাঙোন্দা তমথি মদুদী মী পূম্নমক হনুরগা অস্থুম তৌরক-কদবা ঙাক্তনি। নোংমসু লম্বাদা অশিবা মী অমা মাগী শাগৈ-নাতৈনা কপতুনা ইম্নদুনা পুথোরকপদু উরমই। মদুসু মাগী শাথোবনা গৌতমদা লীরমই মদুদী মী পূম্নমক অসী নোংমদী অশিবা মুপাদুগুম শিরখিগনি। অসীগুম্বা খৌদোক কয়াসী উবদা গৌতমগী থমোয়দা অৱাবনা পিক থনখি।

নোংমদী গৌতমনা মমহৈদা উরমই মতুদী য়াম্না হনুরবা চৈশু পায়না পায়না চৎচবা ঙমদ্রবা নুপা অমা সরক্ল চৎলমই। মমঙ অতুদা কবিশুম্বা খোঞ্জেল অমনা গৌতমদা লাউরকখি, "গৌতম, নঙস্মু শোয়দনা হনুরকখিগনি।" মথংগী অহিংদসু মহাক্না মমঙদা অনবা মী অমা তাতুনা লৈবদু উখি। মমঙ অতুদা খোঞ্জেল অমনা গৌতমদা লাউরকখি, "গৌতম, নঙস্মু শোয়দনা নোংমদা নারক্নানা।" মথংগী অহিংদসু মহাক্না মমঙদা অশিবা মী অমা উখি। হান্নগী মতৌঙুম খোঞ্জেল অমনা মঙোন্দা লাউরকই; "গৌতম, নহাকসু নোংমদী শোয়দনা শিরখিগনি।" অসুম্না গৌতমনা মমঙদা ফাওবা অর্বা—অনাগী মশক্তা উরকপা অসিদা গৌতমনা মাগী থমোয়দু পুবা ঙম-খিদে। মহাক্না থনখি মতুদী সংসার অসী পাপনা থল্লবা মফম অমনি। মরম অদুনা মা ওইবনা করম তৌরগা পাপকী সংসার অসিদগী নাম্বোকপা ঙমগদগে হায়না থনবা হৌখি। গৌতমগী ব্রাথল অদু উবদা মাগী মপানা নোংম নোংমগী চিংনবা হেনগৎ-লকখি। মরম অদুনা মচাগী ব্রাথল অদু ওনবা ঙম্নবগীদমক সুদ্ধধননা গৌতমবু গোপা কৌবী নুপীমচা অমা লুহোংবিখি।

মতমগী মতুংইন্না গৌতম মচানুপা অমা পোক্লে। মতাং অসীদা গৌতমনা চিংনদবা ঙমখিদে মতুদা মহাক শোয়দনমক সংসারগী চৎনবিনা পুনখতুনা মহাক্না তানগে নিংশিবা অদু

তানবা ওল্লরোই। মরম অদুনা মহাক্না ঘয়ুম থাদোক্লগা মহাকী অরানবা খুবম ( মোক্ষ ) অদু ফংনবা তাল্লগে হায়না লেপখ্রে।



মীওইববু অরানবা খুবম ( মোক্ষ ) পীনবা গৌতম বুদ্ধনা কন্না তপ তৌরি।

নোংমা অহিং অমা গৌতমনা মপাগী নুংঙাইরবা কোন্নুং অদু থাদোক্লমদুনা তুমীন্না চেনখ্রে। মহাক্না অসুম মথং মথং চেল্লকপনা মপাগী কোনুংদগী য়াম্না থাপখ্রে। মতম অদুদা হিন্দু ধর্ম্ম অসি য়াম্না কন্না থাজনরমই। মরম অদুনা গৌতমনা হিন্দু ব্রাহ্মণ পণ্ডিত কয়াগী মফমদা চৎতুনা শাস্ত্রগী নীতি কয়া তমলমই। অদুবু মদুদা মহাক্কী অপেনবা লৈখিদে। মমৈ-

থওদা মহাক্লা গয়াদা চৎতুনা খোংনাং. অমগী মখোঙদা লাই নীংতুনা লৈখী ; মহাক্লা অসুম্না তপ তৌরিঙৈ মতম অতুদা ময়াদ অচাপোৎ অমতা তাখিদে। মরম অতুনা গৌতম নোংম নোংমগী ময়াং কংশল্লকখি। মমৈথঙদা মহাক্লা খনখি মতুদী হকচাংবু' অৱাবা পীবনা মহাক্কী নীংবা কদৌঙৈদসু থুংলোই। মরম অতুনা মহাক্লা চাং নাইনা চারগা তপ তৌবা হৌখি। অসুম্না তপ তৌরকপনা চহী ৬ রোম শুরকপা মতমদদী মহাক্কী থমোয়দা সংসারগী পাপকী লম্বীদগী নাম্থোকপা ঙম্বনা উপায় অমা ফংখি। হায়রিবা নুমিৎ অতুদগী হৌনা মহাকপু "বুদ্ধ" হায়বদী অথঙবা অহৈবা মী হায়না খঙনখি। মমৈদা মহাকপু "বুদ্ধদেব" হায়না খঙনখি।

গৌতমনা মহাক্কী অনৌবা অরানবা খুবমগী মঙাল অতু হেক ফংবগা মীওইবশিংগী মরক্তা অচুম্বগী পাউতাক শন্দোকপা হৌখি। মহাক্লা শন্দোকখি মতুদী "মীওইবনা পাপকী সংসার অসিদগী নাম্থোকপা ঙম্বগীদমক অচুম্বা ৱা ঙাঙগদবনি। মীনম্বা থবক তৌরোইদবনি; য়াম্বা কে-মৌবা পাম্লোইদবনি; অচম্বা পুন্সি লেনবা তমগদবনি; মীগী য়াইফবা উরগা কল্লকলোইদবনি; মীগী মপোৎ হুয়াল্লোইদবনি; য়ু থক্লোই-দবনি অমসুং পুগী নহাদা য়াম্বা মিহৌরোইদবনি" অসিনচিংবা। অসুম্না গৌতমনা অচুম্বা পাউতাক কয়া শন্দোক্লম্লগা মশাগী চহীনা ৮০ শুবা মতমদা কুশীনগর কোবা মফমদা গৌতম

নোংগাখি। বুদ্ধদেবনা হিন্দু ধর্ম্মগী চৎনবী নীতিবু য়াম্না কন্না য়ারমদে। অদুগা অচুম্বা থবক্তনা মীওইবনা পাপতগী নাম্থোক্তুনা পুণ্যদা চঙবা ঙমগনি হায়রমই।

বুদ্ধদেবনা হৌদোক্লম্ব ধর্ম্মবু বৌদ্ধ ধর্ম্ম হায়না খঙনখি। জাপান, লঙ্কা, তিব্বত, চিনদেশ, ব্রহ্মা, মালয় অমসুং শ্যামন-সিংবা লৈবাক পুম্নমক অসী বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎলি। পৃথিবী অসিদা বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎপা মীশিং অসী চাউরাক্না ১৫০,১৮০,০০ নি।

যীশু খৃষ্ট:– খৃষ্টিয়ানশিংগী ধর্ম্মগুরুদা যীশুখৃষ্টনি। মহাক অসী খৃষ্টিয়ানশিংগী অশেংবা ঈশ্বরগী মচানি হায়না থাজনৈ অমসুং খৃষ্টিয়ানশিংনা মাবু ভক্তি কৎনৈ। চহী লিশিং অনী রোমগী মমাঙগী বানি। মতম অদুদ রোম সাম্রাজ্য অসী পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী চাউবা অমসুং শক্তি লৈবা অমা ওইরমই। মতম অদু শিজার আগষ্টাসনা রোমগী নিংথৌ ওইরমই। মতম অসিদা গেলিলি লৈবাক্তা যোসেফ কৌবা নুপা অমা লৈরমই। মহাক্না মাগী নুপী মেরী লুহোংবা মতমদা মেরী অসা মীরোল্লমই। লাইগী দূতনা যোসেফতা হায়রমই মহুদা মেরীনা মীরোলবা অসী ঈশ্বরনা মঙোন্দা অশেংবা থমোয় লৈবগীদমক ঈশ্বরগী মচা অদু পীরবনি। মসিদগী যোসেফনা মেরীবু চিংনাখদে। রোম নিংথৌরেলগী য়াথং মতুংইন্না রোম সাম্রাজ্যগা মনুংদা লৈবা প্রজা পুম্নমক সরকারগী মিংজল লাইরিক্তা মিং চনশিনবা তারমই। যোসেফ

অমসুং মেরীদী বেথলেহেমদা চত্তুনা মিং চনবা তারমই। বেথলেহেম সহর য়োরবদা মেরীগী মচানুপা অমা শগোল-শঙদা পোক্লে। অঙাং অসানা হেক পোকপা মতমদা আকাশ অসিদা লংলবা থরানমিচাক অমা থোকখি অমসুং লাইগী দূত ময়াম্ন স্বর্গদগী কুমথরকপদু অহিংদা য়াও শেল্লম্বা কাঙবুনা উথি। লাইগী দূতনা তাকপা মতুংইন্না য়াওশেনবশিংনা যীশুবু দর্শণ তৌবা চৎখি। ইহুদীশিংগী ধর্ম্ম লাইরিক্তা তেংবানবু লানবীনা অঙাং অমা পোক্লকনি হায়বদু হন্দক পোক্লিনা অঙাং অসী ওইব তাই হায়না মখোয়না থনখি অমসুং খুকমজখি।

নুমিৎ থরা লৈরগা নোংপোকলোমদগী পণ্ডিত থরনা যীশুবু দর্শণ তৌনবা থিরকই অমসুং অঙাং অসীবু ইহুদীশিংগী নিংথৌনি হায়রমই। গেলিলিগী নিংথৌ হেরোদনা পাউ অসী তাবদা যীশুবু হাৎকে নীংখ্রে। মহাক্না পণ্ডিতশিংদা মাসু অঙাং অদুবু পূজা তৌজগে মহাক্কী পোকফম তাকউ হায়খি। অদুবু পণ্ডিতশিংনা হেরোদনা নীংলীবা অদু খঙলদুনা যোসেফ অমসুং মেরিবু থাপনা চেনখিনবা হায়রমই। যোসেফ অমসুং মেরীনা যীশু পুদুনা মিশরদা চেনখিরমই। হেরোদনা যীশুবু কোংথী থিখি। থিবা খঙদ্রবদা চহী অনীগী মনুংদা লৈবা গেলিলিগী অঙাং মথৈবু লোইনা হাৎতোকখি। মতুদা হেরোদানা চিংনবা কোকখি।

মিশর লৈবাক্তা চহী খুদীংগী মীনাই কোকপগী হয়াউবা ওইনা মেলা তৌরমই। নোংমদী মেলা য়েংবদগী মেলা লোইরকপদা যীশুবু থিবা খঙথিদ্রে। মমৈদা মমা মপানা মাবু অমুক ফংজখি। মমা মপানা কদাইদা লৈরুই হায়না হংবা মতমদা যীশুনা মপাগী (ঈশ্বরগী) মনাক্তা লৈরুই হায়না খুমখি। অদুগা যীশুবু লাইগী মচানি হায়বসা মেরীয়মদী মতম অদু ফাওবা খঙদ্রি। যীশুনা চহী ৩০ শুদ্রিবা ফাওবদী ধর্ম্মগী থবক অমা ফাওবা তৌবা হৌরমদ্রো। যীশুনা অঙাং ওইরিঙৈ মতমদা যোহন কৌবা অচুম্বদা থবায় থাবা কিদবা সাধু অমা লৈরমই। নিংথৌ হেরোদনা মনাও নিপা ফিলিপ হিংনা হিংনা মনাউ শুপী হেরোদিয়াবু লৌথি। মদুদা লাল্লি হায়রুবগীদমক যোহনবু হেরোদনা হাৎখি। যোহননা শিরবদা যীশুনা ধর্ম্মগী থবক মথং চপ্পবা হৌখ্রে। যীশুনা মী খুদিংমক্তা অচুম্বা থবক তৌনবা য়াম্না কম হায়জখী। মহাক্কী সেবকসু য়ামথৎলক্লে। রোম নিংথৌগী য়াথং মতুংইন্না মাগী সেবক কয়া তমথীবা মীহাৎতা হাৎতোকপীরমই।

যীশুনা তৌঙমদব, থবক কয়া পাঙথোকখি। নোংমা যীশুনা লুহোংবা অমদা দ্রাক্ষা মহী লোইখিদুনা য়ুম্বু অদু চোপ্পা তারবদা ঈশিংবু দ্রাক্ষা মহী ওলহনদুনা মী ময়ামদা য়েলহনখি। মহাক্না তৌঙমদবা থবক কয়া পাঙথোকখিবশিংগী মতুংদা মসীনা অহানবনি। নোংমনা নিংথৌগী ফম্মাইবা অমগী কম্না নারবা

মচানীপা অমবু মহাক্না কজরো হায়বা মতমদা কহনখি। মথংদা লুপ্রাবী অমগী অশিবা মচানিপাবু মহাক্না তুম্বদগী হৌদোক-পদৌনা হৌদোক্লগা হিংগৎহনখি। নোংমা চহী ১২ চুপ্পা নারবী নুপী অমা মহাকী ফিজী খজিক্তং শোকচবদা মহাকী অনাবা কোকচখি। শিরে হায়না কপ্পরবা যায়ীরগী মচানুপীবু মানা হিংগৎহনখি। লাইথুং থুংবা নুপা অমনা যীশুদা খুরুম-জখি। যীশুনা মহাকপু নানবিবদা মহাকী লাইথুং কোকচখি। নুমীৎ চুপ্পা ঙা অমতা ফাদ্রবা ঙা ফাবা অনীনা যীশুগী য়াথং মতুংইন্না ঈন হুনবদা অঙকপদা য়াম্না ঙা ফাখি। নোংমা সমুদ্রদা যীশুনা শিষ্য ময়ামগা লোয়ননা হি হোন্দুনা চৎপদা অকনবা নোংলৈ-নুংশিৎ লাকখি। যীশুনা নেম্মো-দা হায়বদা নুংশিৎ অদু নেমখি। পোকপদগী মমীৎ তাঙলক্লবা নুপা অমবু মহাক্কী মখুত্তনা নানবিবদা মমীৎ তাঙবা ফখি। নোংমা কুম-লৈনা অমবু অনাবা ফহন্দুনা মশা কন্না ময়ুমদা হলহনখি। নোংমা যীশুনা ঙা অনিদগা তল অমগদনা মী লিশিং মঙাবু মপূক পিক থম্না পিজখি। মতো অম্মুম্না খৃষ্টনা তৌঙমদবা থবক কয়া তৌখোরকপা অদুদা মী পুন্নমক্না মহাকপু লাইনি হায়দবা ঙমখিদে অমসুং মহাকপু কোয়তান তান্নখি অমসুং দর্শণ তৌনখি। খৃষ্টনা মীয়ামদা—ঈশ্বরবু ইপানি খল্লু; মরাইবক থৌরবা মীবু নুংশিবিয়ু; ধর্ম্মবু কিনা চৎলু অমসুং য়েক্লববু নুংশিয়ু অসানচিংবা কয়া হায়রমই।

খৃষ্টবু ইহুদীশিংগী লুচিংবশিংনা য়াম্না হাৎনিংলমই। নোংমা জৈতুন কোবা চাংথক্তা খৃষ্টনা মাগী সেবকশিংদা



মীওইববু পূণ্যগী লম্বীদা চিংশনবিগে ভোংনবিরম্বা ধর্ম্ম গুরু অসীবু ইহুদী পুরোহিতশিংনা তমথিবা মীহাত্তা পাং তিং-না হাৎপিখ্রে।

পাউতাক পীদুনা লৈরিবৈদা ইহুদীশিংগী লুচিংবশিংনা থওহো-দনা লাক্লগা যীশুবু কাদুনা পুরমই। মথোল্লনা যীশুবু হাৎননবা রোম নিংথৌগী মহুৎশিনবা পাইলেটতা হায়রমই। পাইলেটনা যীশুদা থোইদোকপা মরাল ফংলমদে। অদুবু পুরোহিতশিংনা তকশল্লকবদা পাইলেটনা যীশুবু হেরোদ নিংথৌদা থারমই। হেরোদনা যীশুবু হাৎনিংলবসু মানা হাৎপগী শক্তি লৈরমদে। মরম অদুনা অমুক হন্না পাইলেটতা যীশুবু থারকখি। মমৈথওদা রোম নিংথৌবু কিবদগী পাইলেটনা যীশুবু পুরোহিতশিংগী মথূক্তা লাহ্লোকখ্রে। পুরোহিতশিংনা যীশুবু ক্রোসতা পাং তিংদুনা হাৎখি। অদুবু ঈশ্বরগী মচানিপা যীশুনা সুমিৎ হুমনি শুবদা অমুক হিংগৎলক্লুনা মাগী সেবকশিংদা পাউতাক কয়া পীদুনা সুমিৎ ৪০ নি সংসার অসিদা লৈরমই। অদুদগী খৃষ্টনা চওনা স্বর্গদা কাখি।

খৃষ্টনা হৌদোক্লম্বা ধর্ম্মবু হৌজিক খৃষ্টয়ান ধর্ম্ম হায়না খওনরে। ধর্ম্ম অসী অসুম পাক চাউনা শন্দোক্লরক্লুনা পৃথিবীগী অরাম্বা মকমদা খৃষ্টিয়ান ধর্ম্ম ওাক্তা চৎনখ্রে। মসীনা পৃথিবীগী খ্বাইদগী চাউবা ধর্ম্ম অমা ওইরে। পৃথিবী অসিদা খৃষ্টিয়ান ধর্ম্ম চৎপা মীশিং অসী চাউরাক্লা ৬৬১,৫০০,০০০ নি।

**হজরত মহম্মদ** :— ইসলাম ধর্ম্ম হৌদোক্লম্বা সুপা অদুগী মমিং হজরত মহম্মদ কৌই। মহাক অসী মুসমানশিংগী ধর্ম্ম

গুরুনি। মহম্মদ খৃষ্টাব্দ ৫৭০ গী নভেম্বরগী তাং ১০ দা মক্কাদা পোকই। মহাক্কী মপা অবদুল্লাদী মহাক পোকত্রিঙৈদা হান্না শিগ্রে। হজরতপু মপু মুত্তালিবনা য়াম্না নুংশিনা য়োকচখি। মুত্তালিব মতম অদুদা কাবা মন্দিরগী মকোক ওইবা কোরেশ শাগৈদা পোকপা মুপা অমনি। মতম অদুদা আবিসিনিয়াগী নিংথৌ আব্রাহানা আরবকী মমিং চৎলবা আল্লাগী লাইশং অদুবু থুগাইগে হায়না অচৌবা লান্মী তেঙ্গোল অমা পুদুনা লাকখি। অদুবু আব্রাহাগী অচৌবা লান্মী তেঙ্গোল অদু অয়াম্বনা শিবা নাবা থোকতুনা করিসু তৌবা ঙমখিদে। মতম অদুদা ইরানগী নিংথৌগী অঙকপা ফংলবা কোন্সুং লোইনা নীংথায়খি। মতম অদুদা ইরান লৈবাক্তা মৈ পূজা তৌনরমই। মতম কুইনা মুৎলক্রবা মৈগী বুগু অদু নোংমদী খঙহৌদনা মৈ মুৎখি অমসুং ইরানীশিংনা করম্বা ফত্তবা দোম্ অমা মৈদা লঙজক্কুরবগে হায়না ব্রানখি। নোংমনা অমুক্তা কংদবা পাৎ সাবা হায়বদু খঙহৌদনা ঈশিং কংখি। নোংমনা আরব লৈবাক্তা অমুক্তা উদবা থব্রানমিচাক অমা লংনা থোকখি। অসীগুম্বা অঙকপা থৌদোক কয়া অসী উরগা হজরতকী মমা আমিনানা ঙক্কবা ঙমখিদে অমসুং মহাক্না হজরতপু আল্লানা থারকপা মীশকনি হায়বা খঙবা ঙমখিদে।

হজরতনা অঙাং ওইরিঙৈদো মহাক্কী মখুরা আমুলাহাবকী মনাইগুম্বী সোয়ায়বনা মহাকপু নাউয়োকখি। অদুদগী য়োকচবী

বিবি হালিমানা অমুক য়োকখি। মহম্মদ লাইরিক্ত তম্‌খিদে। অদুবু মহাক্কা ঙাঙথোক্লকপা বাঙাঃ অমদী পাখোক্লকপা কোয়্যাগ্র তাংদা মীপুম খুদীংমক ঙক্কবা ঙমখিদে। মহম্মদনা চহী ৫ শুৱকপা মতমদা মমাম্বশিংগা লোয়ননা লৌবুক্তা য়াউ শেনবা চৎলমই। মহাক্কী মমাম্বা অতৈগা শাম্নরমদে। মহাক্কী অচীকপদা লৈরগা ব্রাখল থনবা অমদী অতিয়াদা মুম্মা য়েংবন-চিংবা য়ম্মা পাম্নমই। হজরতনা চহী ৬ শুৱকপা মতমদা হালিমানা মহাকপু মপুদা শিন্নরমই। মহম্মদ হায়বা অঙাং অসী সংসারদা সুংঙাইগে হায়দুনা লাকপা মীওই ওইরমদে। মহাক্কী আল্লাগী মপাউ শন্দোক্তুনা মীওইববু লান্‌বীগে লাকপা মীওই ওইরম্লে। মতম অমদা মহম্মদনা ইয়াসরা হায়রা মফমদা মহাক্কী শাগে-নাতৈ পূয়মকা লোয়ননা মপাগী কবরদা হৈ-লৈ কৎপা চৎলমই। মপাগী কবর মমাঙদা হজরতকী মমা অদু তুর্থাখবদগী অদুম মথব্রায় লানথ্রে। মতৌ অসুম্মা মহম্মদকী হায়ংবু মপুদা মঙাংয়রে।

নোংমা মহম্মদ কাবা মন্দিরদা মপুনা প্লুহুনা চৎলমই। মহাক্কা লাইশং মনুংদা খৃষ্টিয়ানশিংগী মেরিগী মূর্তি, জোরো-স্ত্রিশিংগী লাই, আরবশিংগী হোবল, লাৎ, মানাত, ওজ্জানচিংবা লাইগী মূর্তি অসীনচিংবা উরমই। মদু উবদা হজরতনা মাদী হায়রিবা মূর্তিশিং অদুগা করিমতা মরী লৈনদ্রে হায়রমই। হজরতনা চহী নিপাল চঙংকপদা মপু মুত্তালিব তাইবংপাল

থাদোক্লুবা চংখ্রে। মপুসু পিথ্রবদা হজরতপু মথ্রমা আবু তালিবনা য়োকখি। মহম্মদনা মখুমাগা লোয়ননা লল্লোনবা চংলমই। মতম অদুদা হেজ্জাজ লৈবাক্তা চহী খুদীংগী চাউরবা মেলা অময়ম তৌরমই। মেলা অদুদা য়ু থকপা, যুৱার শাম্বা অমদী মথল মথেলগী হয়াউ কুম্মৈ য়াম্না তৌরমই। মহু উরগা হজরতকী মপুক্লীংদা য়াম্না শাউনিংলম্মী। হজরতনা চহী ২০ শুরকপা মতমদা মীয়াম্বু পাপকী থবক্তগী লমজিংবদা মতেং পাংননবা মরূপ অমা লিংলমই। হায়রিবা মরূপ অসীনা লায়রবা অমদী অরা-অনা তারবা মীওই কয়াবু মতেং পাংবিরমই। হজরত মহম্মদনা চহী কূনথ্রারোম শুবকপা মতমদা বিবিখদিজা কৌবা চহী নিফুরোম শুরবী লুখ্রাবী ইনাক খুনবী অমগা লুহোংলমই। মতমগী মতুং ইন্না মহাকী কাসেম কৌবা মচানুপা অমগা, জয়নব, রোকেয়া, উম্মে-কুলসুম অমসুং ফাতেমা হায়বী মচানুপী মরিগা পোকখি। মতম অমদা হজ্জারোল আসৱদ কৌবা শেংলবা নুঙ অদু কাবা মন্দির তাম্না পুণম্নবগীদমক কাঙবু কাঙবু নাইনা লাল শোক্নবা তাখি। মরমদী নুঙহুবু হাম্না থাংজনবা মীনা পূণ্য ফংবা তারমই। মমৈদা অসুম্না লেপ্নখি মহুদী কাবা মন্দিরদা ইহান হানবা চঙবা মীনা হায়বদা ইমগদবনি। মহুদা হজরতনা ইহান হাম্না মন্দিরদা চঙখি অমসুং মহাকী য়াথং ইতুং ইম্না কাঙলুপ খুদীংগী লুচিংবা ময়ামনা নুঙহুবু লাইশংদা থাংজনখি।

মহম্মদ অসী অচীকপদা লৈদুনা বাখল খনবা য়াম্না পামজবা মীনি। মহাক্লা হেরা কোবা চাংদা চত্তুনা মকম অদুদা ভুমিম্না তত্তনা বাখল খল্লমই। মহম্মদনা চহী নিফু হায়রকপা মতমদা হেরা চীংদা ধ্যান তৌদুনা লৈরিবৈদা জিব-রাইলনা আল্লাগী য়াথং পুরক্লুনা হজরততা পীররে। মতাং অসীদগী হৌদুনা মহম্মদনা আল্লাগী বাণী শন্দোকপা হৌখি। মহাক্লা শন্দোকখি—"আল্লা হায়বসা অমা শুদে, মহাক্লী মীৎনা উবা ফংদ্রবসু ঐখোয় পুম্নমক্কী ইনাক্লা লৈ, জাব পুম্নমক আল্লানা শেম্বনি অমসুং সংসারদা জীব অমতা খেন্নব লৈতে। অদুগা আল্লানা পুম্নমকপু চপ মান্নবা মুংশি।" অদুবু মতম অদুগী মক্কাগী মীয়'ম্না হজরতপু য়াম্না মুংশিরমদে। মহম্মদনা মীয়ামদা মূর্ত্তি পূজা তৌবা ফত্তে, আল্লাবু পূজা তৌ হায়রমই। মহাকী ব়া তাবদা মীয়াম্না শাউদুনা হজরতপু হাৎনবা ফূজল্লকখি অমসুং মচানিপা হারেশপু হাৎখি কোরেশ শাগেনা হজরতপু হাৎকে হায়বসী কম্না নীংলমই। নোংমা মহম্মদনা কাবা মন্দিরদা কুরান পারমই। মহাক্লা কোরাণ পাবদু উবদা মীয়াম্না মহাকপু হাৎকে হায়দুনা চেন-শিল্লকখি। মতম অদুদা হজরতনা খনখি মদুদী মহাক্লা মক্কাদা লৈরগা শান্তি ওইনা ধর্ম্ম শন্দোকপা ঙম্নরোই। মরম অদুনা মহাক্লা মহাকী ভুংইনবা মীয়াম অদু পুদুনা আবিসিনিয়াদা চেনখী।

অদুদগী মহম্মদনা মথং মথং ওইনা ইয়াসেূব অমসুং মদিনাদা চৎখি। মহাক্না চৎখি চৎখিবা মফম খুদিংমক্তা মীয়াম্মা মহাক্কী ধর্ম্মবু থবায় য়াওনা লৌখি। মক্কাগী মীশিংনা হজরতকী মথক্তা হন্না হন্না লান্দারকখি। অদুবু মখোয়না হজরতপু মাঙনবা কয়িমতা তৌবা ঙম্মদে। অদুবু মমৈথঙ-দদা মক্কাগী মীশিংনা মশাগী অয়ানবা অদু থঙনরক্লুনা হজরতকী অনৌবা ধর্ম্মবু লৌরমই অমসুং আল্লাবু পূজা তৌরমই। অসুম্না আরব লৈনবা থুংনা আল্লাগী বাণী শন্দোকপা লোইরম্লগা হজরত মদিনাদা অদুম থুপখরে। পৃথিবীদা হজরতকী ধর্ম্ম চৎপা মীশিং অসী চাউরাক্না ২০৩,০০২,০০০ নি।

মতৌ অসুম্না পৃথিবীগী ধর্ম্ম শন্দোকপা অকাওবা মীওইশিং অসীনা পৃথিবীদা শান্তি পুরক্নবা অনৌ অনৌবা ধর্ম্ম শন্দোক্লরকখি। মমৈথঙদা মখোয়না শন্দোক্লম্বা ধর্ম্ম অদুবু মখোয়গী মথা তাহৌবা কাঙবুনা অসুম অসুম পাক-চাউনা শন্দোক্লরক্লুনা হৌজিক্কী পৃথিবী লৈনবা থুংলবা ধর্ম্ম অহুমসী মরুওইনা থোকখি। অদুগা ঐখোয়না হিন্দু ধর্ম্মগী মরমদদা থোইদোক্না হায়বা ঙমদে। মরমদী মসী কনানা করম তৌনা হৌদোক্লমলিবনো হায়বা ঐখোয়না খঙবা ঙমদে। অদুগী মথক্তা হিন্দু ধর্ম্ম অসীদী থোইদোক্না তোপ্পা, মসীগী নীতিনা পৃথিবীগী মীপুম কয়াবু পাক হেক চিংশিনবা ঙমখিদবা অসীনা মরম ওইদুনা থোইদোক্না পৃথিবীদা মাংমিং চৎপা ধর্ম্ম ওইখিদে।

অতৈ অতৈ ধর্ম্মগী মতৌশুম্না হিন্দু ধর্ম্মনা মীপুম খুদিংমকপু চিংশিন্নবগী থবক অসী তৌখিদবা মরম্না ধর্ম্ম অসী ভারততগী মপাল থোকপা ঙমখিদে। অহুম ওইনমক হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা মীশিং অসী চাউরাক্না ২৮৪,৯৫০,০০০নি।

---

## ১৪। লম পুথোকখিবা মীওইশিং

পৃথিবীগী মনুংদা অনৌ অনৌবা লম পুথোক্তুনা লৈবাক শন্দোক্কে অমদী লন-থুম তানগে থনখিবা জাতিশিং অসী ইউরোপকী জাতি ঙাক্কনি। মথাগীশিং অসীনা মরুওইবা লম পুথোকখিবা মওইশিংগী শমপৎপা ৱারীনি।

ক্রীষ্টফাস কলম্বাস :— জেনোয়া হায়বসী ইটালীগী মনুংদা লৈবা সহর অমনি। খৃষ্টাব্দ ১৪৪৭ তা সহর অসিদা ক্রীষ্টফাস কলম্ব'স পোকখি। কলম্বাসনা অঙাং ওইরিঙৈদা সমুদ্র মপান্দা চত্তুনা তোয়না তোয়না শান্নরমই অমসুং মহাক য়াম্না অঙাং ওইনা হিহোনবদা হৈ-শিংখি। মতম অদুদা ভারতবর্ষ অসী লন-থুমদা মরাঙ কায়বা লৈবাক অমা ওইরম্বা মরম্না ইউরোপকী লল্লোনবশিংনা সমুদ্রদা চত্তুনা ভারত থীনিং-লকখি। মরম অদুনা কলম্বাসনা ভারতবর্ষ তাবা লম্বী থিদুনা ভারতবর্ষ য়োৗগে হায়বসী কন্না নীংখি। মানা মহাকী

অশা অসী থুংনবগীদমক পর্তুগাল অমদী ইংলেণ্ডগী নিংথৌদা হায়জরুবা মতমদা কনামতনা য়াবিখিদে। মমেখদা স্পেনগী মহারাণী ইসাবেলদা হায়জরুবদা মহারাণীনা হরাওনা য়াবিরক-পদগী স্পেনগী নিংথৌ ফার্দিনাণ্ডনা জহাজ অমস্তুং শেল-থুমগী



মতেং পীদুনা ভারত তাবা সমুদ্রগী লম্বী পূথোক্নবা থাখি। মতৌ অসুম্না কলম্বাসনা খৃষ্টাব্দ ১৪৯২ গী আগষ্ট তাং ৩ দা পেলোস বন্দরদগী সান্তামেরিয়া, নিনা অমস্তুং পিণ্টা কৌবা জহাজ অহুমথক পুম্নগা ভারত তাবা লম্বী থিনবা সমুদ্র যাত্রা তৌখি। মাগা লোয়ননা হিহোনবা ১২০ অমস্তুং থা ১২

চানবা চীঙ্গ'ক পুরমই। কলম্বাস মুখিৎ কয়ানিমরুম অশঙ্গা হিহোন্দুনা আফ্রিকাগী ময়াদা কোয়খি অমসুং আফ্রিকাগী মনাক্তা লৈবা কেনারী হায়বা ইথৎতু পুখোক'খ। অদুদগী অশুম খশুম জহাজ অহুম অদু সমুদ্রদা হোল্লকপনা থা ২ হোঞ্ববা মতমদদা হাহোনবশিংনা লৈকং উবা ঙর্মীথদ্রে অমসুং মখোয় স্নায়া কিশল্লক্লে। মরম অদুনা হিহোনবশিংবা কলম্বাসকী মায়োক্তা লাল হৌরকপা মতমদা কলম্বাসনা মুামৎ ৩ নিগীদমক মাথায়বু থেমজর্মখি। ৩ নি শুবা মু'মস্তা কলম্বাসনা সালভেদার হায়বা ঈথৎ অদু থেংনখি। হৌজিক্তী ঈথৎ অসী বাটলিং কৌরে। অদুগী মথংদা কলম্বাসনা কিউবা অমদী হাইতি ঈথৎ পুখোকখি। অদুদগী কলম্বাসনা নোংচুপ ভারত ঈথৎ মপৈ অসী পুখোকখি। মহাক্না মসীবু ভারতকী নোংচুপ্তা লৈবা ঈথৎ মপৈ অমনি খল্লুনা নোংচুপ ভারত ঈথৎ মপৈ হায়না খোনখি। অদুদগী থা ৭ লৈরগা কলম্বাসনা ইংশোক ১৪৯৩ গী মার্চ ১৫ দা স্পেনদা থুংখি। মথংদা কলম্বাসনা অমুক জহাজ ১৭ অমসুং হিহোনবা ১,৫০০ ( লিশিং অমা, চামঙা ) পুদুনা সমুদ্র যাত্রা তৌখি। খোঙচৎ অদুদা মহাক্না হাইতি ঈথৎতা ইসাবেল মহর শেমগৎখি। খোঙচৎ অদুদা মহাক্না মিনিকা অমসুং জ্যামাইকা ঈথৎ পুখোকখি। অহুমশুবা সমুদ্রগী খোঙচৎতা কলম্বাসনা ত্রিনিদাদ ঈথৎ অমসুং ওরিনোকো তুরেলগী ঈচীন ;

অদুগা মরিশুবা খোঙচৎতা হগুরাস ঙংখৎ পুখোকখি। কলম্বাসনা ভারত পুখোকে নীংবা আশাদী থুংবা ঙমখিদে। মহাক্না লম্বী লাম্না চৎখিদুনা ভারত পুখোকপা ঙমখিদে। মহাক খৃষ্টাব্দ ১৫০৬ তা শিখি।

আমেরিকো ভেসপুগী:—মহাক ইটালীদা পোকখিবা অকাওবা হিহোনবা অমনি। মহাক্না খৃষ্টাব্দ ১৪৯৯ দা খা আমেরিকা পুখোকখি অমসুং মহাকী মমিং লৌদুনা মহাদেশ অসাবু আমেরিকা খোনখি।

বার্থোলেমিউ দিয়াজ:—মহাক পর্তুগীজ হিহোনবা অমনি। মহাক্না খৃষ্টাব্দ ১৪৮৫ দা পর্তুগালগী নিংথৌগী মতেংনা ভারত তাবা লম্বী থিরকখি। মহাক্না অসুম আফ্রিকাগী সমুদ্র মপান্দা হি হোনদুনা লাকপদা অকনবা নোং-নুংশিৎ অমা থেংনদুনা পর্তুগালদা হনবা তাখি। অদুগা হায়রিবা নোং-নুংশিৎ কনবা মফম অদুবুনা "অকবা আশাগী অন্তরীপ" হায়না খোনজনখি।

ভাস্কো-দে-গামা:—পর্তুগালগী হিহোনবা অমনি। মহাক্না খৃষ্টাব্দ ১৪৯৭ তা জহাজ ৪ অমসুং হিহোনবা ১৭০ পুদুনা সমুদ্রগী লম্বীদা ভারত থিরকখি। খা ৫ রোমগী মতুংদা মহাক্না নেটাল, মোজাম্বিক অমসুং মোম্বাসারোমদা লাক্লুনা মালিণ্ডি কৌবা বন্দরদুদা থুংবা ঙমখি। অদুদগী খৃষ্টাব্দ ১৪৯৮ গী মেগী তারিখ ২০ দা খা ভারতকী কালিকট



( কাজিকোট ) বন্দরদা থুংখি। মফম অসিদা চহী ৭ রোম লৈরম্লগা মহাক পর্তুগালদা হনখি।

ফার্ডিনেণ্ড মেগেলান :—মহাক খৃষ্টাব্দ ১৪৭০ দা পর্তুগালদা পোকখি। মহাক অফাওবা হিহোনবা অমনি। মেগেলান পর্তুগালগী নিংথৌগী মতেং ফংদত্রবা স্পেনগী নিংথৌগী মতেং লৌদুনা ইং শোক ১৫১৯ দা জহাজ মঙাগা মতীক চাবা হিহোনবা অমসুং চহী অনী চাবা ওক্কবা চীঙ্গাক পুদুনা স্পেনগী সেভিল বন্দরদগী সমুদ্র যাত্রা তৌরমই। মহাক্না থা ৫ রোম অসুম্না সমুদ্রদা চৎলবা মতুংদা পাটাগোনিয়া

কৌবা লৈবাক্তা থুংলমই। মফম অদুদা মখোয়না চানবা চীঙ্গাক ব্রাত্তুনা খ্রাম্না বাখি। অদুদগী মেগেলালনা ওক্তোবর থাদা থা আমেরিকাগী মচি অমদা থুংখি। অদুদগী মহাক্ন প্রশান্ত মহাসাগরদা 'হ হোন্দুনা লাকখি। মহাসাগর অসীগী ঈংবা তপ্পা উবদা মহাক্না মসীবু 'পেসিফিক ওসন' হায়বদী 'শান্তিগী মহাসাগর' খোনখি। অদুদগী থা ৪ রোম লৈরগা য়ম্মা



ঙ্করান-চান্থী তৌগনবা লৈবাক ল্যাড্রোন হায়বদুদা থুংখি। ল্যাড্রোনগী নোংচুপ পাংনা চৎলগা ফিলিপাইন ঈথং মপৈদা থুংখি। ঈথং মপৈ অসী স্পেন নিংথৌগী মমিং লৌদুনা খোনখিবনি। মেগেলাল ইংশোক ১৫২১ গী এপ্রিলদা ফিলিপাইন ঈথং মপৈগী নিংথৌ অমগী মথুক্তা মথরায় থাখি। হিংহৌবা হিহোনবশিং অদুনা সিবাষ্টিয়ান ডেলকানো কৌবা অমনা লুচিংদুনা মালাক্কা হায়বা ঈথ-তু খৃষ্টাব্দ ১৫২১ দা পুখোকখি। লম্বীদা ত্রিনিদাদ জহাজ ঈশিংদা লূপখি। খৃষ্টাব্দ ১৫২২ দা ডেলকানোনা লুচিংদুনা সমুদ্রগী কাওবু অদু পর্তুগালদা থুংখি।

**ক্যাপটেন কুক** :—কুক খৃষ্টাব্দ ১৭২৮ দা ইংলেণ্ডদা

পোকই। চহী ১৩ দা ওয়রিঙ্গবা কুক হিহোনবা অমা ওই-রমই। চহী ৩১ শুবদা মহাক্না কানাডাগী সেণ্ট লরেন্স ভুরেলগী অরুবা ওনথি। অদুদগী নিউফাউণ্ডলেণ্ডগী সমুদ্র



তোর্ব্বান জরিপ তৌখি। খৃষ্টাব্দ ১৭৬৮ দা রোয়েল জিও-গ্রাফিকেল সোসাইটিনা কুকপু ভূগোলগী মরমদা খিজন-খোংচন্নবা হাইতি ইথংতা থাখি। হায়রিবা সোসাইটি অসীগী মাংগং লৌহুনা কুকনা হাইতি ঈথংকী মনাক্তা লৈবা ঈথং মপৈ অদুবু সোসাইটি ঈথং থোল্লমই। অদুদগী অমুক খৃষ্টাব্দ ১৭৬৯ দা মহাক্না নিউজিল্যাণ্ডদা থুংলমই। কুকনা শোক ১৭৭২ দা থা-মেরুদা সনা খিগে হায়দুনা চংলমই। অদুদগী খৃষ্টাব্দ ১৭৭৬ তা অমুক কুকনা স্যাণ্ডউইচ ঈথং মপৈ

পুথোকখি। কুক হায়াই ঈংৎতা খৃষ্টাব্দ ১৭৭৯ গী ফেব্রুয়ারী ১৪ দা য়েক্লবা অমগী মথুত্তা শিখি।

মঙ্গো পার্ক :—কুংকান্দা চৎলগা লম পুথোকখিবা মীশকশিংগী মনুংদা পার্কনা অহানবনি। মহাক স্কটলণ্ডদা পোকপনি। আফ্রিকাগী নিজাম তুরেলগী মপান্দা লৈবা লম পুথোক্লবা মহাক্না নিগ্রো ৬ পুদুনা চৎলগা মদিনা হায়বা কোন্নুংদা থুংখি। অদুদগী মহাক্না খস্তো লৈবাকী কোন্নুং কতোকাওদা য়ৌরকখি। অদুদগী মহাক্না অমুক কার্টা লৈবাক্তা থুংখি। অদুগী মতুংদা মুরশিংগী লৈবাক কাওদুনা চৎকে তৌবদা মুর নিংথৌ আগিনা মাবু কাদুনা থমখি। অদুবু মহাক্না আগিগী মথুত্তগী নাম্বোক্তুনা চেল্লকখি। অহিংদনা উমংগ নোংশা কিদুনা উদা কাদুনা লেল্লি। অমুক্তা রানা চেল্লরুগা মহাক ইংলণ্ডদা থুংলমই। মথংদা পার্কনা মহাকী ইংরেজ মরূপ ৩ পুদুনা আফ্রিকাদা চৎলমই। মখোয়না নিজাম তুরেলদা হি তোংদুনা চৎলিঙৈদা নিগ্রোশিংনা মাগী মরূপ পুন্নমকপু তা লংদুনা, নুংনা থোমদুনা হাৎখি। পার্ক মশামক মথরায় হিংনবা ঈশিংদা চোংথখিবদা অদুম থিক্না থণ্ডখিদ্রে।

ডেভিড লিভিংষ্টোন :—ইং শোক ১৮১৩ গী মার্চ-১৯ দা স্কটলণ্ডদা পোকখি। মহাক ডাক্তরনি। মহাক্না ইং শোক ১৮৪৯ দা কেপটাউনদগী কালাহারি মরুভূমি ক্রস্তা চৎখি।

অদুদগী নাগাম পাৎ পুথোকখি। অদুদগী জাম্বেসী তুরেলগী হৌরককম খিনবা কুম্ভীর অমসুং হিপোপটেমাসনা থল্লবা তুরেল অমসুং নোংশানা থল্লবা উমং লান্দুনা চৎলমই। মহাক্না অকম ২৭ লক হন্না হৌনা হৌনা লাকপনা লোয়াঙাদা থুংলমই। মহাকী ওইথংবা মখুৎ অদু নোংশানা শোক্লমই। মহাক্না অসুম্না খানা জাম্বেসী তুরেলগী ঈশিং চাইবী "ভিক্টোরিয়া ঈশিং চাইবী" হায়বদু পুথোকখি। অসুম্না লিভিংষ্টোন চহী ৫ চঙনা আফ্রিকাদা কোয়খি।

খৃষ্টাব্দ ১৮৬৫ দা অমুক মহাকী অনিশুবা খোঙচৎ আফ্রিকাদা চৎখি। খোঙচৎ অসিদা জাম্বেসী তুরেলগী মথা সায়ার অমসুং ন্যায়শা অমসুং শিরবা পাৎ পুথোকখি। খৃষ্টাব্দ ১৮৬৬ তা অমুক আফ্রিকাদা অহুমশুবা খোঙচৎ চৎলমই। মহাক্না আফ্রিকাগী নীল তুরেলগী হৌরকফম পুথোকপা চৎপদা লম্বীদা বেঙ্গ উইওলো অমসুং মেয়েরু পাৎ পুথোকখি। চহী কয়ামরুম লিভিংষ্টোনগী ঈ-পাউ অমত্তা তাবা ফংখিদে। মরম অদুনা হেনরী ষ্ট্যানলী কৌবা লম কোয়বা মুপা অদুনা লিভিংষ্টোনবু থিবা চৎখি। চহী অনী চঙনা থিরগা খৃষ্টাব্দ ১৮৭১ দা ষ্ট্যানলীনা লিভিংষ্টোনবু উজিজি হায়বা মফমদুদা উমখি। লিভিংষ্টোনবু হল্লসী হায়বা য়াদ্রবদা ষ্ট্যানলীনা মতৌমঙা হল্লকখি। লিভিংষ্টোন য়াম্না তোয়না তোয়না নাখি। অনাবনা কমশাক্লরবা মতমদা

লিভিংষ্টোন বেজ উইওলো পাৎ মপান্দা খৃষ্টাব্দ ১৮৭৩ গী এপ্রিল ৩০ গী অয়ুক্তা থুকউ থুক্ক কৃন্দুনা ঈশ্বর থুক ।ই অমসুং মাগী মশাহু শোকউবা মতমদগী লিভিংষ্টোন শিরম্লে। মহাকী অশংবা মশাহু ইংলণ্ডগী বেষ্ট মিনিষ্টর এবিদা কুর্যথি।

ন্যানসেন ঃ—নরবেগী হি হোমবনি। মহাক অরাং মেরু পুথোকে লাক্লখিবা অহানবা মীশকনি। মহাক্না হিহোনবা ১২ অমসুং চহী ৫ গী চাবা ওরুথা চীঙ্গাক পুহুনা অরাং-মেরু যাত্রা তৌখ। উন মরক্তা হি হোনবা য়াদ্রহুনা মথোয়না খোঙনা অসুন অরাং-মেরু তয়া চঙথি। লম্বীদা চানীংঙাই লৈএহুনা হুই কাওবা হাত্তুনা চৎমহু। ন্যানসেন অরাং মেরু য়ৌগদবা মাইল ২৫০ রেমদা ঙাংবদা চীঙ্গক বাৎলকপা মরমদগী অমুক হন্দোরকখি। অতুদগী মরৈবাক্তা হল্লকখি। ন্যানসেননা অরাং মেরুদা চঙশনবা মতমদা মফম অদু অ... দা ওইহুনা লৈরমই।

রবার্ট এডুইন পিয়ারী ঃ—মহাক অরাং-মেরু পুথোকখিবা আমেরিকা মচানি। মহাক্না মতম ... গ্রীনলেণ্ডদা লৈহুনা অরাং মেরুগী মরমদা মুন্না থওজনখি। খৃষ্টাব্দ ১৮৯৮ দা মহাক অরাং মেরুগীদমক অরাং পাংনা খোঙশানখি। ১৯০২ দসু অমুক চৎলি। খোঙচৎ অনীমক্তা মহাকী নীংথা থুংখিদে। খৃষ্টাব্দ ১৯০৮ দা অমুক চৎলমই। মহাক্না খৃষ্টাব্দ ১৯০৯ গী এপ্রিলগী তাং ৬ দা অরাং মেরুদা থুংলমই।

**ক্যাপ্তেন এমাণ্ডসেন** :—নরৱেগী ক্যাপতেন এমাণ্ডসেন খৃষ্টাব্দ ১৯১০ গী আগষ্টগী তাং ৯-দা খা মেরু যাত্রা তৌখি। ইং শোক-১৯১১ গী ফেব্রুয়ারীদা মহাক খা-মেরুগী উন মমক্তা য়ৌরমই। লমখাওদা চৌজাক যাংবকতুনা হুই কাওবা হাত্তুনা চাখি। মহাক্না য়াম্ন ৱানা খৃষ্টাব্দ ১৯১১ গী ডিসেম্বরগী ১৭ তা-খা-মেরুদা থুংখি।

**রবার্ট ফকন্ স্কট** :—মহাক এমাণ্ডসেনগা লাম্বা তৌহুনা খা মেরু পুখোক্তান হায়তুনা চোংখোকখিবা ইংরেজ অমনি।



মহাক্না খৃষ্টাব্দ ১৯১০ গী নভেম্বরগী ৯-দা খা মেরু যাত্রা তৌখি। মহাক্না খৃষ্টাব্দ ১৯১২ গী জানুয়ারীগী ১৮-দা খা-মেরুদা থুংলুবা মতমদনী এমাণ্ডসেননা নরৱেগী ফিরাল হাপ্না

য়ুংলম্বদু থেংনরুরে। উনগী লমদা ঈংম্নববনা ফটনা মাগী ডায়েরীদা "ইবগী শক্তি লৈতরে, ঈশ্বরনা ঐথোয়গী ইমুং মসুংবু কর্নবিসনু লোইরে" অস্তুম্না ইরম্লগা অতুম শিল্লে।

মতৌ অস্তুম্না থৌনা ফরবা ইউরোপকী মীওইশিং অসীনা পৃথিবীগী থঙদবা লম কয়া রানা রানা পুথোকপদম্মী লৈবাক অমগা লৈবাক অমগা মরী লৈনবা উমথি অমসুং ইউরোপকী কাঙবুনা লৈবাক য়াম্না শন্দোকপা উমথি। অদুগা লল্লোন ইতিকসু চাওথংহনখি। হায়রিবা থৌনা ফবা, শিবা কিদ্রবা মীশকশিং অসীনা লম পুথোকপগী থবক অসী তৌরমদ্রবদী ঙসিগী পৃথিবী অসী মপূং ফাবা র ৎসমগৎবনি অমসুং পৃথিবীগী ভূগোল ইবদা লুনা থোক্লমগদবনি। মরমদুনা মথোয়গী পুক্নিবু ঐথোয়না থাগৎভবা ঙমদে অমসুং মথোয়বু থৌনা ফবা কৌকম থোকই।

---

## ১৫। পৃথিবীদা লাঞ্জাও থোক্লকপা

মীওইবনা অসুম অসুম য়াম্লক্লুনা সমাজ শিংদুনা কাঙবু কাঙবু নাইনা পানবা হৌরক্লে। মতম অদুদা কাঙবু অমগা কাঙবু অমগা য়াম্না য়েংথিনখি। মরমদী কাঙবু অমনা কাঙবু অমবু নমথদুনা থম্লগা সুংঙাইবা অসী পোক্লে। মরমদী অস্তুম্না

তৌবা অসীনা মথোয়না মীকোক থোংবনি হায়বসী মপুক্কিন্দা চপ য়ুংনা থনখি। পৃথিবী অসিদা ধর্ম শন্দোকপা মহাপুরুষ কয়া পোকখ্রে। মথোয়না পাপকী থবকশিং অসীবু করম তৌরগা থিংবা ঙমগদগে হায়দুনা অক-অকপা থবক কয়া হোৌদোক্লমই। মথোয়না হোৌদোক্লম্বা নীতি নিয়ম কয়া অদুনা মমৈথঙদা মীয়াম্না য়ানরক্লবা লৌনখি অমসুং অরেপ্পা ধর্ম অমগী মখাদা লিংজেল মায়না থবক তৌবা হৌখি। অসীগুম্বা তোঙানবা ধর্মবু হোৌদোক্লম্বা মহাপুরুষশিংগী মশীং অসী য়াম্বা মরম্না পৃথিবী অসিদা তোঙান-তোঙানবা ধর্ম চংশা মীশিংগী মশীংসু য়ামখি। অদুবু অদুগুম্বা মহাপুরুষশিংনা তাক্লম্লা অমদী হোৌদোক্লম্বা নীতিদী চপ মান্নবা ঙাক্লনি। মরমদী অচুম্বা হায়বসীদী কানানসু ওয়োকপা ঙমদে। মরম অদুনা মথোয়না অচুম্বা হায়বদু কদায়বু কৌবগে অমসুং ঈশ্বর হায়বসী অমত্তনি হায়বা অসীনচিংবা অফবা মওঙগী পাউতাক কয়া অদু মত অমতা ওইনা পীনখি। অদুবু মীওইবা হায়বসী মথোয় মথোয়না ঙাঙাপবা ক্লানা অচুম্বনি অমসুং মথোয় মথোয়না তৌরিবা থবক্লা অফবনি হায়বসী লৌইনা থম্নবা ঙাক্লান। মরম অদুনা তুংদা শাকপা মীকুইরবশিংনা অদুগুম্বা ধর্ম গুরুশিংনা হাররম্বা ৱাশিং অদু তোঙান তোঙাম্না মওঙ থেম্না লৌনরগা মমৈথঙদা মদুনা থবক ওইনা চথবা হৌখি। ধর্ম থেম্নবনা মরম ওইদুনা পৃথিবী অসিদা জাতি কয়া থোকখ্রে। জাতি থেম্নবা অদুক

খেনবা জাতিশিং অদু সুংশিনদে। মরম অসিদগী জাৎ তিনরবা কাওবা ধর্ম্ম খেননা চৎলবদী সুংশিনবা য়োংব নোংথম্বী হেন-ঙৎলকই। মতৌ অসুম্না ধর্ম্ম খেনথনা মরম ওইদুনা পৃথিবীগী চাউর-চাউরবা লাঙ্গাও কয়া থোকখি। অদুগা মীওইবনা নিংথৌ শেমদুনা লৈবাক লিংদুনা পায়মন্নবা মতমদনী কনাগুম্বা নিংথৌ অমনা অতোপ্পা নিংথৌ অমবু মায়থীবা পীদুনা থুদুম চনশিনবা পায়কই। অসীগুম্বা অমনা অমবু নমথদুনা থবগী নিয়ম অসীনা পৃথিবীগী মীওইশিংনা থাইদগী থোইদোকপা গুণনি-হায়বসী থম্মখি। মরম অদুনা পৃথিবী অসিদা মশীং থীওমদ্রবা লাল কয়া কয়া থোকপ্রবনি। জাতি অমগা জাতি অমগা নত্রগা লৈবাক অমগা লৈবাক অমগা ক্রক ক্রক য়েংশিনরকপা অসীমসু পৃথিবী অসিদা মশীং থীওমদ্রবা লাঙ্গাও কয়া থোকখি। লৌকিকসু পৃথিবী অসিদা অসীগুম্বা মীওইবগী সুংতাইদ্রবা নাইনা অসীনা পন্দুনা লৈবাকগী মীওইবনা শান্ত ওইনা লৈবা অসো কর্য্যত্রবনি।

চহী চাময়োমগী মমাঙ কাওবদী পৃথিবী অসিদা লৈবাক মচা মচা য়ায়া নিংথৎলমমই। হায়রিবা লৈবাক মচা অচাশিং অসীগী তোঙান তোঙানবা নিংথৌ অমমম লৈনরম্বা ওাক্তাঁম। হায়রিবা নিংথৌ অমমম অসীনা অমগা অমগা এথোইবা ভামখন য়ায়া তোম্মনা তোয়না লাল থোক্রখি। থয়নগী মতমদী পৃথিবী অসিদা শান্তি হয়বদু লৈরমদে-হায়বা য়াই। মরমদী



মহাসাগর
গ্রীনল্যান্ড
কানাডা
আমেরিকা
আটলান্টিক মহাসাগর
প্রশান্ত মহাসাগর
এশিয়া
ইউরোপ
আফ্রিকা
ভারত
এডেন
লঙ্কা
ভারত মহাসাগর
অষ্ট্রেলিয়া
মহাসাগর
মতম্ অমদা ওইরস্বা বৃটিশ সাম্রাজ্য

লাল তৌনবা অসীনা মতম অদুগী চংনবী ওইনা তৌরমই। য়াম্না তোয়না তোয়না লৈবাক অমগা লৈবাক অমগা লাল তৌনবা অসী মমাঙঙৈদা চংনরমই। হৌজিকী মতমদনা অসীগুম্বা লাল তৌনবগী মওঙ অসি থরা লেপত্রে হ'য়বা য়াই। অসুম্না লৈবাক অমগা লৈবাক অমগা ল'ল তৌনদুনা লৈবাক শন্দোক্নবগী নিয়ম অসীনা অসুম কনশল্লক্লবা মতম অদুদনী অমগা অমগা মতেং পাংনদুনা মীচঙ শেম্নবগী মওং অমসু লাকখি। অসুম্না মীচঙ শেম্নদুনা লাল তৌরকপা অসীনা মমৈথঙদদী অসুম চাউখোক্লরকুনা পৃথিবী পুম্বগী ওইনা লাঙ্গাও কয়া থোক্লক্লে। অকোনবা যুগতা লৈবাক মচা অসুম তারকপা অমদী রাজনীতিদা য়াম্না চৌ–শিংবা জাতিসা ইউরোপকী কাঙ–বুনা ওইখি। পৃথিবীগী মফম কদাইদা করম্বা লৈবাক লৈ অমসুং লৈবাক অদুগী মীওইবশিংনা করম্ব' পাল্লা অসীনচিংবা থীজন্নবা হোৎনখিবা কাঙবুসী ইউরোপকী কাঙবু ওাক্লনি। মখোয়না সমুদ্রদা অমদী কংকান্দা কে য়না কোয়না চত্তুনা অনৌবা লৈবাক কয়া মখাক থ'ম্বা ঙমখি। হায়রিবা ইউরোপকী কাঙবুশিং অসীনা অসুম্না লৌশিং তাল্লকপা মতম অদুদা পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদী মমীৎ পাঙনদ্রী হায়বা য়াই। মরম অদুনা অদুগুম্বা ইউরোপকী কাঙবুশিং অদুনা লৌশিংনা নক্রগা পাংগম্না পৃথিবীগী লৈবাক কয়াবু মখোয়গী মখাদা থম্বা ঙমখি। অদুগা মখোয় মশেন অমগা অমগা লৈবাক লৌশিনবদা

লমজেল তাম্নবগী মওঙ অমসু চপ্থখি। হার্ম্নবা লৈবাক লৌশিনবগী লমজেল তাম্নবা অদুদা থ্বাইদগী ম্লাস্তখিবদী বৃটিশকী কাওবু অমা ওইখি। মখোয়না ইরা বাদনা লৌশিংনা হান্নবদী লৈবাক অমগী নিংথৌ মচা মচা ময়াম অদুবু অমগা অমগা ঈন'ন্দুনা খৎনহনদুনা মপান্নল শোলহল্লগা লৈবাক অদু মচেৎ মচেৎ ওইনা লৌশিনখি। কারিগুম্বা মকমদনা মখোয়না লান ওইনা তৌবস্ যাম্ন' ম্ন'ওখি। অদুবু অয়াম্বদী মখোয়না লৌশিংতনা পৃথিবীগী মকম খুদিংমক্তা মখোয়গী লৈবাক শন্দোকখি। ঐখোয়না খুদম ওইনা থত্তবা ওমই মদুদী বৃটিশনা 'ভ'রত্তা লান কয়া তৌদুনা ভারতপু মচেৎ মচেৎ ওইনা জয় তৌখি। অদুবু মখোয়গী লান শোক্লবদা মত্তুং পীরিবা সিপ'হীশিং অদু অয়াম্বদী ভারতকী মী ওত্তনি। মখোয়না ভারত মচাশিংবু অমগা অমগা খৎনহল্লগা ঐখোয়গী ভারত অসী লৌখিবনি। মতৌ অসুম্ন' লৈবাক খোপচল্লকপনা পৃথিবী অসিদা মতম অমদা বৃটিশ সম্রাজ্যগী মনুংদা মুমিৎ তাদে হায়নরমই। হায়বদী বৃটিশকী লমসী পৃথিবীগী মকম খুদীংমক্তা লৈ হায়বনি।

পৃথিবীদা লাঙ্গাও কয়া থোক্লকপা অসী লৈবাক খোপ-চম্নবা পান্থা অসীনা অয়াম্বনি। হৌজিক ফাওবা ঐখোয়গী পৃথিবী অসী মী তাদ্রবা পাক্লবা মরুভূমি ওল্লগদ্রা হায়না চিংনরি। মদুদী হৌজিক পৃথিবীগী লৈবাক পুন্নমক অসী অমগা অমগা লম মুম্নবদগী লাল তৌগদবগী ঙাইন ঙাইনদুনা

লৈনরি। অদুগা পৃথিবী অসিদা অমগা অমগা মতেং পাংনছনা নাকপাক নাকপাক তানরগা শোক্লখিবা লাঙ্গাও হৌজিক কাওবদা অনৌরক শুগ্রে। তোবদদী হায়রিবা লাঙ্গাও অসী ইউরোপকী কাওবুনা নাকপাক নাকপাক তানা লাল তৌনরকপদগী অমগা অমগা মতেং পাংশন্নরক্লুনা মনৈদা পৃথিবী শীনবা থুংলবা লাঙ্গাও ওইখি। অদুগুম্বা লাঙ্গাও অনী অদুগী অশন্বা ৱারী মথাদা পীরি।

অহানবা লাঙ্গাও:—খৃষ্টাব্দ ১৯১৪ দা অষ্ট্রিয়া লৈবাক্কী সিংহাসন মুঙবগী ৱাথোক অমা থোকখি। হায়রিবা থৌদোক অদুদা জর্মণীগী নিংথৌ ৱিলিয়ম ২শুবনা অষ্ট্রিয়ানশিংবু মতেং পাংখি অমসুং অষ্ট্রিয়ানং নিংথৌবু হাৎপা সর্বিয়ানশিংবু ওং-নৈবা হৌখি। অমুম্না জর্মণী অমসুং অষ্ট্রিয়ান সর্বিয়াবু নৈবা অনী থৌংনবগীদমক রুশিয়ানা সর্বিয়াদা মতেঙ পীখি। অদুদগী ফ্রান্সনু রুশিয়াগী মতেং পাংখি। হায়রিবা লাল অদুদা বেলজিয়মদা করিমত্তা য়াওরমদে। অদুবু জর্মণীনা ফ্রান্স লান্দাবদা বেলজিয়মদা কাওহুনা চংপসী য়াম্না খুদোং চাখি। মরম অদুনা জর্মণীগী লাম্মীশিংনা মপৈ মপৈ ওইনা বেলজিয়মদা নমহুনা কাওহুনা চংখি। মদু উবদা বেলজিয়ম অমসুং ব্রিটেন অনীনা জর্মণীগী মথক্তা লান্দারগনি হায়না লাউথোকখি। জর্মণীশিংনা বেলজিয়ম নমহত্তুনা ফ্রান্সকী কোনুং পেরিস তাম্না চেনশনখি। পেরিসতগী মাইল ৪০ থাপ্না লৈবা

মার্নি কৌবা মকমদা ফ্রেন্সশিংগা অকনবা লাল থেংনখি। নাকল অমরোমদা রুশিয়ানা অষ্ট্রিয়াদা লান্দাখি। অদুবু শোক ১৯১৭ তা রুশিয়াগী জারবু লৌথোক্লুনা বোলসোবিক কৌবা পার্টিনা শাষণ মুনবিগ্রে। অনৌবা রুশিয়াগী সরকার অসানা জর্মণী অমসুং অষ্ট্রিয়াবু মতেং পাংখি। মতম অসিদা তর্কীসু জর্মণীগী মতেং ওইনা লাল পাংবা হৌগ্রে। মরম অদুনা ব্রিটেননা তর্কীদা লান্দাখি। মতাং অসিদা ইটালীসু জর্মণীগী কাণ্ডবুদগী তোক্লক্লে অমসুং জর্মণীগী মায়োক্তা লাল তৌবা হৌরক্লে। মতম অসিদা জর্মণশিংনা অঙকপদা কনবা লানতৌ মওঙ অমা ওইনা চখ্বখি। মথোয়না সমুদ্রদা মখাং খীঙমদ্রবা সবমেরিন কয়া থাদোক্লুনা য়েক্লবা কাণ্ডবুগী অমসুং লাল য়াওদবা কাণ্ডবুগী জহাজ কয়া সমুদ্রদা লুপহনখি। অদুগা মখাং খীঙমদ্রবা এরোপ্লেননা ব্রিটেন অমসুং ফ্রান্সকী সহর কয়াদা লেন তাবগুম বোম হৈখখি। মতাং অসিদা ফ্রান্স অমসুং ব্রিটেন মকোক ঙাওখি। শোক ১৯১৭ তা ইউনাইটেড ষ্টেটস্সু জর্মণীগী কাণ্ডবুগী মায়োক্তা লাল হৌখি। অদুদগী কানাডা, অষ্ট্রেলিয়া, নিউজিলেণ্ড, খা-আফ্রিকা অমসুং ইন্দিয়াগী লান্মী মপৈ মপৈনা জর্মণীগী কাণ্ডবুগী মায়োক্তা লাল তকশল্ল-কখি। আমেরিকানা আটলান্টিক মহাসাগরদা লান্মী লাখ ২০ থাদোকখি। অহানবদা ফ্রান্স অমসুং ব্রিটেনগী কাণ্ডবু অসী য়াম্না শোয়বগুম তৌরমই। মৈদা ফ্রান্স অমসুং ব্রিটেনগী

থৌনা ফবা জেনরেল অমীনা য়াম্না ফজনা লাম্থোং শীন্দুনা মখোয়গী কাওবু অসী য়াম্না কনখৎলকখি। শোক ১৯১৮ হৌগংলকপদা ইটালীসু জর্মণীনা জয় তৌরে। মতম অসিদা জর্মণীনা মহাকী অরোইবা শক্তি থাদোক্তুনা লাল তৌখি। অদুবু মমৈথওদা মখোয়গী মীচঙনা য়ামদবনা গতি তৌনিংঙাই লৈরক্রে। শোক ১৯১৮ গী জুলাইদগী ওক্তোবর কাওবদী জর্মণীশিংনা মখোয়না ওমজবা শক্তি থাদোক্তুনা লাল তৌরমই। অদুবু মমৈথওদা ব্রিটেননা মেসোপোটামিয়া জয় তৌরমই। অদুদগী ক্রান্সকী কাওবু অসীনা টর্কী, সর্বিয়া, অষ্ট্রিয়া, সিরিয়া-নচিংবা জয় তৌরমই। মমৈথওদা জর্মণশিংনা শোক ১৯১৮ গী নবেম্বর ১১ দা লাল্লে হায়না খুৎলাই থাদোকপা তাখি। লাল লোইরবদা জর্মণী অমসুং অষ্ট্রিয়াগী নিংথৌসু মফম লৌথোক্তুনা অতোপ্পা লালহৌবা কাংওবুনা শাসন পায়রে। মতৌ অসুম্না অহানবা পৃথিবীগী লাল্লাও অদু লোইশিনখী।

---

## জাতিশিংগী সভা

### ( লীগ ওফ নেসন্স )

পৃথিবীগী অহানবা লাল্লাও হেক লোইবগা পৃথিবীগী জাতি পুম্নমক্না লান্দা মাঙখিবা অমসুং থাখিবা কয়া অদু

কাউবা ঙমখিদে মরম অদুনা লৈবাক পুম্নমক্কা থমখি মদুদা লাল ত্তৌবা হায়বসী জয় ত্তৌবা অমসুং মায়থীবা নাকন অনিমক্কা অফবদা নত্তে। মরম অদুনা পৃথিবীগী শান্তি পাম্বা মী কয়ানা মত্তৌ করম ত্তৌরগা পৃথিবীদা হিংচা য়াইতম্বা মওঙগী লাঙ্গাও হায়বসী থিংবা ঙমগদগে হায়না খনবা হৌরক্লে। অসীগুম্বা ৱাখল্দা থোইদোক্না থরায় য়াওখিবা লৈবাকসী আমেরিকানি। আমেরিকানা লাঙ্গাও খুদীংমক্কা থোনা ফবা উত্তুনা লাল হেক হেক য়াওরবসু অসীগুম্বা শান্তিগী লমজিংবদা মহাক্না করিগুম্বদা চীখ্রবা লৈখিদে। মরম অদুনা আমেরিকানা অকনবা ৱাশক অমগা লোয়ননা পৃথিবীগী অচৌবা লৈবাকশিংবু শান্তি থম্নবা হোৎনবা হায়না চৌখি। হায়রিবা শান্তিগী মরূপ অমা লিংখৎপা অসিদা পৃথিবীগী শক্তি লৈরবা লৈবাক পুম্নমক মত অমতা ওইনা য়ানখি। অদুগা রুশিয়াদা হায়রিবা মতম অদুদা বোলসেবিক আন্দোলন হৌগৎলরবা মরম্না অসীগুম্বা শান্তিগী মরূপ অসাদা য়াওবা ঙম্বগী আশা লৈখিদে। মত্তৌ অসুম্না পৃথিবীগী লৈবাক অয়াম্বগী মীহুৎনা মত অমতা ওইনা পৃথিবীগী শান্তি ঙারবা মরূপ অমা খৃষ্টাব্দ ১৯২০ দা সুইজর্লেণ্ডগী জানেভা কোবা মফমদা লিংখৎখি। হায়রিবা মরূপ অসীনা মতুংদা পৃথিবীগী থোক্লকপা য়াবা লাঙ্গাও কয়াবু হেক য়ারিবমথৈ থিংনবা হোৎনখি। অদুবু মমৈথঙদদা জর্মনীনা লম হেল্লরবদা ভঙাই ফদনা লাল ত্তৌদবা য়াদ্রদুনা হায়রিবা শান্তিগী

সভা অসী কায়খি অমসুং অনীশুবা লাঞ্জ'ও অমুক থোরকখি। অহুম্নদী ওইরবদা লাঞ্জাও মসুংদসু হায়রিবা সভা অসীগী মসুং চল্লম্বা লৈবাক অয়াম্বনা জর্মণীগী মথক্তা লাল হৌথিবা ওাক্তনি অমসুং মতম অদু ফাওবদা মখোয়না লিংঙ্গেল মায়বদী কোক-থিদে।

অনীশুবা লাঞ্জাও :—পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও অসী মরু ওইনা থোকহনখিবদী জর্মণীগী নিংথৌরেল হিটলরনি হায়বা য়াই। হিটলরনা পানবা মতমদা জর্মণী লৈবাক অসী অসুক্কী মতীক চাওথংখি মদুদী লৈবাক অসীনা পৃথিবীবু নীকহনবা ওম্বগী শক্তি অদু লৈস্রে হায়বা য়াই। হিটলরগী মতমদা জর্মণশিং অসীনা অঙকপা খুৎলাই কয়া শাখি অমসুং মহাক্কা মরীং থাঙমদ্রবা লাম্মী তেঙ্গোল কয়া শেমগংখি। হিটলরনা অঙকপদা চাওথংলক্রবা মতম অদুদদী মহাক্কা পৃথিবীগী কারিগুম্বা লৈবাক অমতবু কিবা লৈথিদ্রে অমসুং জর্মণী সাম্রাজ্যবু পাক-চাউনা শন্দোক্তে হায়বসী কম্মা নীংথ্রে। হিটলরনা রাজনীতিদা অসুক য়াম্না হৈথিবা মরমনা অষ্ট্রিয়া লৈবাক অসী লাল ইতৌ তৌদনা জর্মণী সাম্রাজ্যগী মসুংদা থোপচনখি। মসিদা পৃথিবীগী লৈবাক পুন্নমক্তা হিটলরবু ওকতবা ওমখিদে। মতৌ অসুম্না লাল ইতৌ তৌদনা হিটলরনা লৌশিংতনা সুইডেন অমসুং জেকোশ্লোভোকিয়াসু মখোয়গী থেম্বা রাজনীতিদা তোংশন্দুনা জর্মণী সাম্রাজ্যদা থোপচনবা

ঙমখি। অদুদগী হিটলরনা পোলেণ্ডগী মথাদা লৈবা ডেঞ্জিগ কৌবা লম মচেং অদু জর্মণীদা হন্দোক্লো হায়রুই। অদুবু পোলেণ্ডনা জর্মণীগী বাদা থওইখিদে। মরম অদুনা হিটলরনা খৃষ্টাব্দ ১৯৩৯ গী সেপ্তেম্বরগী তাং ১ দা পোলেণ্ডদা মাগী লান্মী মপৈ মপৈ থোমজনখি। জর্মণীনা অসুম্ন লম হেল্লকপন্থু উবদা ফ্রান্স অমসুং ব্রিটেননা জর্মণীগী মথক্তা লান তৌরগনি হায়না লাউথোকখি। অদুবু থৌনা ফরবা হিটলরগী লান্মীনা পোলেণ্ডবু হণ্ডহোৎনা জয় তৌশিনখি। অদুদগী লাণ্ডাও অসী অসুম অসুম মীচঙ য়ামথৎনরক্লে। ইউরোপকী লৈবাক অয়াম্বা জর্মণীগী মায়োক্তা লাল য়াওখি। অদুগা জাপান অমসুং ইটালীনা জর্মণীগী মায়কৈদা লান য়াওয়না লাণ্ডাও অসিদা মক্তেং পাংথক্লকখি। হিটলরনা পোলেণ্ড হেক লৌশিন-বগা মথং মথং নরবে, ডেনমার্ক, পোলেণ্ড, বেলজিয়ম অমসুং ফ্রান্সনচিংবা লৈবাকশিংসী লোইনমক থণ্ডহোৎনা য়োংশনবঞ্জুম তৌখ্রে। হায়রিবা অসী শোক ১৯৪০ দনি। জর্মণীনা ইংলেণ্ড অসী খোপচনগে নীংদুনা কম্না হোৎনখি। মরম অদুনা হিটলরনা ইংলিস সাগর লান্দুনা মখীং থীওমদ্রা এরো-প্লেন কয়া থাখি। অদুগুম্বা জর্মণীগী অকাশকী লান্মীশিং অদুগা বৃটিশ অমসুং ফ্রান্সকী অকাশকী লান্মীগা অওকপদা কম্না ইংলিশ সাগর মথক্তা লানথেংনখি। অদুম ওইনমক জর্মণীগী এরো-প্লেননা ব্রিটেনগী সহর কয়া অমদী কারখানা কয়া বোম থাদদুনা

থুগাইখি। সমুদ্রদসু জর্মনীগী মশীং থীওমদ্রবা সামেরিননা য়েরুবগী জহাজ কয়া থুগাইখি। অসুম্না হিটলরনা ব্রিটেন্‌বু য়োংলগে মতাঙ্গম কয়া তকশল্লিভেদা রুশিয়ানা হিটলরগী মপাঙ্গল য়েথেকে মতাঙ্গম জর্মনীগী মায়োক্তা লাল চঙলকখি। অহানবদা রুশ অসী হিটলরগা সন্ধি অমা তৌনদুনা লান য়াও-রমদবনি। অদুবু হন্দক রুশনা কায়রকপা অসিদা হিটলরনা শাউনংমনখ্রদুনা ব্রিটেন থাদোক্তুনা রুশিয়ারোমদা পাইশনখি। শোক ১৯৪১ গী জুনগী তাং ২২ দা হিটলরনা মাগী লান্মী ময়াম রুশ তম্না থোজিনখ্রে। হিটলরনা রুশপু কয়ামুক থুনা তকশিনখিবগে হায়বদু রুশিয়াসী হিটলরগী লান্মীনা পুমনোং য়োংখ্রবোই নীংখি। মমৈথঙদা হিটলরনা রুশপু তকশিনখিদুনা ষ্টেলিনিনগ্রেড কৌবা মফমদা রুশিয়ানশিংগা অকনবা লান-থেংনবা তাখি। অদুবু মফম অদুদী হিটলরগী তুফম ওইরম্লে। মফম অদুদা হিটলরগী লান্মীনা উম্না ঈংমন্দুনা থাওবা ঙমদবা অমদী চীঞ্জাক ৱাংলকপা অমসুং খুংলাই ৱাংলকপা অসীনা মরম ওইদুনা মপূক পায়দুনা মখুৎতনা লানথেংনবা তাখি। অদুগীসু মথক্তা জর্মনীদা ব্রিটেন অমসুং আমেরিকানা অকৎপা নৈতনা বোম থাদখি। মতৌ অসুম্না মমৈথঙদা হিটলর মায়থীরে অমসুং মহাক লানফমদগী অসুম মাঙখিবনা কদাইদা শিখিবগে হায়বা কনামত্তনা খঙবা ঙমখিদ্রে।

শোক ১৯৪১ দা জাপাননা আমেরিকাগী লোইলম অমসুং

ব্রিটনগী লোইলমদা লান্দাখি। অদুবু জাপানসু আমেরিকানা এটোম বোম থাদবদগী মায়থীবা কংখী। ইটালী লৈবাকসু লান যান্না কম্না তোরমই। অদুবু মহাকসু থুনমক মায়থীবা কংখি। মতো অসুম্না হিটলরনা হেক তুখিবগা জাপান, ইটালীখোয়সু মতম কুইনা লেপ্পা ঙমখিদে। অসুম তোদুনা খৃষ্টাব্দ ১৯৪৫ গী মে থাদদা পৃথিবীগী অনীশুবা লাণ্ডাও অদু লোইশিনখি।

## অপুনবা জাতিশিং

### ( ইউনাইটেড নেসন্স )

পৃথিবীগী অনীশুবা লাণ্ডাও লোইশ্রবদা লৈবাক পুন্নমক্না অমুকসু কাউবা লৈখিদে মদুদা লাল তৌবা হায়বা অসীনা পৃথিবীগী মাঙন-তক্লবতা নত্তনা অতৈ করিসু ওইদ্রে। লাল হেক লোইখিবগা মায়থীবা লৈবাকসু জয় তৌবা লৈবাকসু পুন্নমক হায়নিংঙাই লৈতনা মাঙখি। মরুওইনা জর্মণী, ফ্রান্স অমসুং ব্রিটেন অসী হায়নিংঙাই লৈতনা অৱাবা তাখি। চানথরবা পোং পুন্নমক অঙকপদা তাঙখি। অদুদগী হেন্দোক্লুনা পৃথিবীগী মরুওইবা লৈবাকী লুচিংবশিংনা অমতা ওইনা উন্নরগা শান্তিগী মরমদা থমখি। খৃষ্টাব্দ ১৯৪৫ গী জুন থাদা হায়রিবা সভা অসীনা যুম্না থম্নরবা মতুংদা পৃথিবীগী ওইবা শান্তিগী

সভা অমা লিংখৎপা হায়না য়ানরে। হায়রিবা সভা অসী আমেরিকাগী নিউয়োর্ক সহরদা কেন্দ্র ওইনা কয়বা থৌরাংথি। হায়রিবা অপুনবা জাতিশিংগী মরূপ অসিদা জাতি ৫১ দা ইহান হায়া সহী তৌনচুনা মরু ওইবা চীরম ৬ অসীদা য়ানথি—(১) জাতি ময়ামগী মীহূৎনা শাবা আইন সভা অমা লৈবা। (২) জাতি মশেল খৎনরক্লবা মতমদা মদুবু তাইশমবর্নচিংবা থবক চথবা সেক্যুরিতি কাউন্সিল অমা লিংবা। (৩) পৃথিবীগী জাতিশিংগী ওইবা সমাজ চাওখৎনবা, অমদী শেল-থুমগী ফীবম ফগৎনবা হোৎনবদা তেংবাংনবা ইকোনোমিক্স এণ্ড সোসিএল কাউন্সিল হায়বা অমা লিংবা। (৪) মীথা থাদুনা লৈরক্লবা শোঙ্করবা লৈবাকশিংবু চাওখৎনবা অমদী হেক য়ারিবমথৈ মনীং তমহন্নবা হোৎনবদা তেংবাংনবা টস্তীসীপ কাউন্সিল হায়বা অমা লিংবা। (৫) পৃথিবীগী জাতি মশেল খৎন-চৈনবা থোক্লকপদা বিচার তৌনবা ইন্টর-নেসনেল কোর্ট ওফ জষ্টীষ হায়বা অমা লিংবা। (৬) মরু ওইনা থবক শিন্নীবা কাওবুগী পুনফম অমদা বা তামফম সেক্রেটরীয়েৎ হায়বা অমা লিংবা অসীনি।

অসুম্না অপুনবা জাতিশিংগী মরূপ অসী লিংখৎপদগীদি ওসি ফাওবা পৃথিবী অসিনা থোকলকদবা লাঙ্গাও কয়া থোকহন্দনা লাক্লি। মসীনা ওসি পৃথিবী অসীদা শান্তি পুরক্কবা কয়া হোৎনরি। হৌজিক্তী মরূপ অসিদা পৃথিবীগী

মনীংতম্বা লৈবাক অয়াম্বা মেম্বর ওইনরক্লে। ঙসি ফাওবদা সভা অসিদা মনীংতম্বা লৈবাক ১০১ গী মীহুৎ য়াওরে।

---

## ১৬। শিক্ষা ( মহৈ মশিং ) গী মঙাল লাকপা

মীওইবনা মতম কুইনা সমাজ লিংহুনা পাল্লক্লে। মীওইবা হায়বা অসীদী পুম্বা থবক তৌমিন্নবতনা সমাজ লিংহুনা চাউখৎপা মওঙদা পানবা ঙম্লিবনি হায়বসী মীওইবা জীবগী মরক্তগী অ'শংবা কাওবু য়াওরক্কুনা জ্ঞান তাবা ওমথি। মীওইবনা মাং-তুং য়েংনা থবক তৌবা অসী পামই। অদুদগী অফবা হীরম কয়া তুংগী য়েংহুনা থমনিই। অদুবু মীওইবনা তুংগী-করিগুম্বা অমতা কুইনা নিংশিংহুনা থম্বা ঙম্লমদে হায়বা য়াই। মরমদী মীওইবা হায়বা অসা য়ায়া কাউগনবীবা কাওবু অমনি। মরম অদুনা ধর্ম্ম-কর্ম্মগী ওইবা অফবা পাউতাক কয়া অসী মীওইবনা তুং ফাওবা মাঙহন্নিংদে। অদুবু মতম্বা অসুম কুই-শল্লকপা অদুক মীওইবনা অফবনি হায়না লৌনবা তুং ফাওবা মাঙহন্নিংদবা অফবা ধর্ম্মগী হীরম কয়া মশক থঙনদনা মাঙথি। অসীগুম্বা মাঙখ্রীবা অফবা রেকোর্ড কয়া অসী করম্না মাঙদনা থম্বা ঙমগদগে হায়বা অসী মতমগী মতুংইন্না থম্নরক্লে অমসুং কান্নবা উপায় অমা পুথোরক্লে। হায়িবা উপায় অসীনা করিগুম্বা

মরুওইবা থৌদোক কয়া, ধর্ম্মগী পাউতাক কয়া মাওদনা থম্বা ওয়ে। অসুম্না শীজন্নবা উপায় অসী মুওমায়দা থওনবা খুদম অমা হক্কুনা থম্বগী মওও অদু ওইখি। অসুম্না মুওমায়দা হক্কুনা শীজন্নবা উপায় অসীনা হৌজিকী লাইরিক ময়েক পুথোকপগী মওও অসী তারকখি। পৃথিবীগী শীংথাবা য়ারবা মরুওইবা লাইরিক ময়েক পুথোক্লরকপসী চাউরাক্লা চহী লিশিং ৪।৫ রোমগী মমাওদা ওইরমাল্লে হায়না থাজনৈ। অসুম্না লাইরিক ময়েক পুথোক্লরকপগী মওও অসী মথায় থায়নগী ওাউথংলবা লৈবাক খুদীংমক্তা হৌদোক্লখি হায়বগী প্রমান চহী লিশিং ৪।৫ রোমগী মমাওদা লৈরম্বা লাইরিক ময়েক হকপা মুওপাক্লচিংবা উক্লরগা থওবা ওমই। মরুওইবা ধর্ম্ম খুদীংমক্তা ঐখোয়না থওবা ওমই মদুদী ধর্ম্ম খুদীংমক অসী পুথোক্লরকপা মতমদা মদুগী মরম পুম্নমক লাইরিক ওইনা ইথোক্লমই। খৃষ্টানশিংগী ধর্ম্ম লাইরিক্তসু অসুম্না হায়রি মদুদী খৃষ্টনা পোক-ত্রিউভেদগী হৌনা বাইবলগী ভৌগদবা হীরম খুদীংমক হাম্না ইদুনা লৈরম্লে। অদুনা ঐখোয়না থওবা ওমই মদুদা ধর্ম্মনা পোক্লকপগা লোয়ন-লোয়ননা লাইরিক ময়েকা মওও অসীসু পোকখ্রে। অদুগা লাইরিক ময়েক্লা পোক্লিউভৈদা ধর্ম্ম পুরোহিত কয়াসু লৈরম্বদি য়াই অমসুং মথোয়না ধর্ম্মগী পাউ-তাক কয়া পীরম্বা য়াই। অদুবু অদুগুম্বা ধর্ম্ম-গুরুশিংনা হৌদোক্লম্বা অকবা পাউতাক কয়া অদু রেকোর্ড তৌশম্নবগী

মওঙ লৈতদুনা অদুগুম্বা ধর্ম্মগুরু কয়া মশক খঙনখিদনা মাঙ-খিরম্বা য়াই অমসুং মখোয়না হোদোক্লম্বা অফবা পাউতাক কয়া কাউনখিরম্ব' য়াই। মরম অসিদগ' মথৈদা মদুগী উপায় ওইনা লাইরিক ময়েক অসী পুখোকখিৰনি হায়বা অসী ঙসি পণ্ডিতশিংনা খাজবা ঙমই। মীওইবনা লৌশিংগী মঙাল লাক্লুনা চাওখংপগী খোঙবাংদা থাংখিবা অসী ধর্ম্মনা পোক্লক-পদগী অয়াম্বনি। অদুনদী লাইরিক ময়েকসু ধর্ম্মনা পোক্লক-পদগী খোরকপনি হায়বসী পণ্ডিতশিংনা কম্বা খাজনৈ। অদুগা হৌরম অমনা মতম অদুদা পোকখিবা লাইরিক ময়েকশিং অদু হৌজিকসীগা য়াম্না খেন্নে অমসুং মতম অদুদা মথল থরগী লাই-রিক ময়েকতমক পোকখি। হৌজিক ঐখোয়না শী জমরিবা লাইরিক ময়েক কয়া অসীদী য়াম্না নৌনা পোক্লকপা ঙাক্তনি অমসুং হান্নগী মওঙ অদুদগী খুদোং চাবা য়েংদুনা নৌনা শেম-দোরকপা ঙাক্তনি। চহী লিশিং কয়াগী মমাংদা নোংচুপ্লোমদা হিব্রু ময়েক অমসুং নোংপোক্লোমদা দেবনাগরীনচিংবা ময়েক অসী থরা হান্না পোকখিব্রা হায়বসিদা পণ্ডিতশিংনা খাজবা অমা পোকই। অসুম্না লাইরিক ময়েক পুখোক্লরকপনা মথৈথঙদদী মহাপুরুষশিংনা ধর্ম্মগী মরমদা হায়রম্বা ৱা পুম্নমক য়েকৌড তৌদুনা থম্বা ঙম্লে অমসুং তৌবা ঙম্বা মীওইশিংনা মখোয়গী তৌবা ঙম্বা শক্তি অদু লাইরিক ময়েক্তা মরম ওইদুনা য়েকৌড তৌদুনা থম্লম্বা ঙম্লব্রে। লাইরিক ময়েক্তা অহানবা

অসুম্না হৌদোক্লকপা মতমদদী মী থরদনা লাইরিক ময়েক শীজিন্নবা ঙম্লমই। অদুবু অচৌ অচৌবা নিংথৌ কয়'না মখোয়গী অপাম্বা কয়া অমদী মখে'য়না পামজবা ধর্ম্মগী অচুম্বা কয়া অদু লাইরিক ময়েক্তা ইদুনা প্রজাশিংদা খঙহন্নবা হোৎনখি। অদুবু প্রজাশিংনা লাইরিক ময়েক্কু করিগুম্বা খঙব্রবদী ফনা নুংপাক্তা ইদুনসু থোইনা কান্নবা লৈতে। মরম অদুনা থরায় য়াওবা মীওই কয়ানা পণ্ডিত কয়াগী মফমদা লাই'রক ময়েক ইবগী মহৈ অসী তম্লখি। হায়রিবা মতাং অসিদা মীওইবনা লাইরিক তম্বগী অহানবা থাক হৌগৎপনি। মতম অসিদা তম্বা লাইরিক মতমদী হৌজিকী মতৌগুম্না তম্বা লাই-রিক মতম নংলমদে। চুম্না ইবা পাবা খঙনবা সূপ্নগী লাইরিক ময়েক্তা তম্বনি।

চহী চাক্রক চাতরেৎকী মমাঙ ফাওবা পৃথিবীগী মফম অয়াম্বা মীওইবনা লাইরিক তম্বা অসী গুরুগী মযুমদা চত্নুনা তম্লমই। মখোয়না লাইরিক ময়েক ইবা তম্বা মতমদা লৈবাক্তা উফুল চাইথোক্লুনা নত্রগা, বাই তৈথোক্লুনা মদুদা চৈতেক নত্রগা খূদোম্বীনা নম নমদুনা মখি তাহল্লগা তম্লমই। মরমদী মতম অদুদা হৌজিকী মতৌগুম্না শ্লেট, চে, অমসুং মুক লৈরমদে। অদুগা পণ্ডিতশিংনা ভুংগী ইদুনা থম্লম্বসু চীংমায় নত্রগা মুঙপাক্তা হক্লুনা থম্লম্বা ঙাক্তনি। অসুম্না মীওইবনা অহানবদা লাইরিক ময়েক্তা ইদুনা তম্লম্বা অসীনা মমৈদদী

লাইরিক ময়েক মশক খঙলবা মীওই কয়া থোক্লকুনা মানা মানা খঙজবা রাখল কয়া ইথোকপা হৌরক্লে। অসুম্না ইথোক্লবা অসীনা মমৈদদা কাম্ন কাম্নবা হীরম কয়াসু ইথোক্লরক্লে। মমৈথঙদা হৌজিক্কী লাইরিক কয়াগী মওঙ অসী



মীওইবনা অহানবা লাইরিক তম্বা হৌগৎলকপদা লৈবাক্তা চৈতেন্না নম্রগা থুদোক্পীনা ইত্তনা তমই।

ইথোক্লরকখি। মতৌ অসুম্না ঐথোয়গী হৌজিক্কী বেদ ময়াম, বাইবল ময়াম, কোরান, ত্রিপিটক, রামায়ণ, মহাভারতনচিংবা মমিং চৎলবা ধর্ম্মগী লাইরিক কয়া অসী পোকথোরকখি।

মীওইবনা অহানবা লাইরিক তম্বা হৌগৎনরকপা মতম অসিদা অচুম্বা লাইরিক ইবা-পাবা হৈবা মীওই খরদনা ধর্ম্ম

কর্মগী মরুওইবা থবক পায়খি। অসুম্না লাইরিক হৈবা কাণ্ড-বুনা ধর্ম্ম-কর্মগী থবক্তা লূচিংখিবনা অদুগুম্বা মীওইশিংবু ময়াম্না থোইদোক হেন্দোকপা ওইনা থমদবা ঙম্লক্তে। মখোয়বু ব্যবহার তৌনরক্লে। মতাং অসিদা মীওইবনা লাইরিক হৈবনা অথোইবা লননি থম্মখিবা! মতৌ অসুম্না লাইরিক হৈবনা অথোইবা লনানি থম্মখিবা ময়মদগী মতম্না অসুম কুই-শল্লকপা অদুক লাইরিক তম্বগী মীশিংসু হেনগৎলক্লে। গুরুগী খুমদা ময়াম চঙুনা লাইরিক তম্লবা অসী নোংম-নোংমগী হেনগৎলক্লে। অহানবদদী মীওইবনা লাইরিক তম্বা অসী ইবা-পাবা থোক্লবতা তৌনরমই। অদুবু মমেদদী ধর্ম্ম-কর্ম্মগী ওইবা কাম্লবা লাইরিক কয়া অসী তমশম্লবা হৌনখি অমসুং ধর্ম্ম-কর্ম্মগী অমদী চৎনবীনচিংবা মশক মুম্না থঙনবা লাক্লখি। অহানবদা মীওইবনা লাইরিক তম্বা অসী হৌজিক্কী মতৌগুম্না লাইরিক অময়ম পায়দুনা তম্লম্বা নত্তে। ময়মদী মতম অদুদা লাইরিক অমা নমথোক্লবগী উপায় লৈরমদে। গুরুনা তাকপা অদু অয়াম্বনা চীন্দনা চানকা পুবা তারমই। অদুগা লাইরিক নাইনা তম্বা তারবসু তম্লবা লাইরিক অদু মতম চঙনা অমদী মমল চঙনা অহৈব মীনা খুৎনা শিন্দোকপা তারমই। অসুম্না মীওইবনা মতম কুইনা বানা লাইরিক তম্বগী মওঙ অসী চখ্লনরমই।

অহানবদা মীওইবনা মুঙপাক্লচিংবদা লাইরিক ইদুনা

থম্লম্বা অসী মতম কুইনদী চৎলি হায়ববু মসুম্না তৌবসী মতম কুইনা চঙবা য়াম্না রাবা অমসুং মরাংকায়না ইবনু ঙমদবা অমা ওইরমই। মরম অসিদগী অশিংবা মীওইবশিংনা উপায় অমা পুথোক্লরক্লে। মথোয়না অথম্বা উ মথল অমদগী উকু লৌরে। হায়রিবা মওঙ অসিদা ভূর্জপত্র, শুনচিংবগী উকুদা লাইরিক ইদুনা থম্বগী মওঙ অসী চত্থনরকখি। মতুগা লোয়ননা কোনা মনাওুম্বদসু ইনখি। মতম অদুদা মীওইবনা রানা শাবা কলম নত্রগা উচেক মতুনা উকুগী নত্রগা উহৈগী মচু লৌরগা মূক ওইনা শিজিন্নদুনা মদুনা ইনরমই। মতম্না চাওখৎলকপা অদুক মমৈদা অসুম হোংলক্লুনা হৌজিকী মথল মথলগী কলম শীজম্বা অমসুং চে শীজম্বগী নিয়ম অসী পুথোকখি। মতৌ অসুম্না মমৈথঙদদী জর্মণীগী গুটেন বার্গনা খৃষ্টাব্দ ১৪৫০ দা ইহান হায়না লাইরিক নম্বা মেচিন অসী পুথোকখি। মদুদগী হৌজিকী লাইরিক ময়াম নম নমদুনা য়োনবা ঙম্বগী ফীবম অসী তারকখি। মতৌ অসুম্না মীয়াম্না লাইরিক তম্ববু তৌদবা য়াদ্রবা হীরম অমা ওইনা চত্থনবগী মওঙ অসী তারকখি। লাইরিক্কী মরম ওইদুনা মীপুম খুদিংমক অসী অমগী লৈজবা জ্ঞানদু ময়ামদা শীবা ঙম্লে। হায়বদী কনাগুম্বা পণ্ডিত অমনা মাগী হৈজবা খঙজবা খিবিক অদু লাইরিক ওইনা ইথোক্লবদী মানা ইরম্বা অদুনা চহী কুমজা কয়া কাওবা লৈহৌদুনা ময়াম্না মাগী রাথল অদু লৌশিনবা ঙম্লে। অসুম্না অমগী বুদ্ধি লৌশিং

অদু লাইব্রেরিক্তা মরম ওইদুনা মথং মথং লৌনরকপনা মী ওইবনা চাওখৎপগী অমদী অনৌবা অকবা রাখল পুখোররকপা ওম্বগী খোঙথাংদা থাংজল্লপা অসী নোংম নোংমগী ওযথক্লকখি। মরম অসিদগী লাইব্রেরি তম্বনা সমাজগী কান্নবা য়াম্না লাকই হায়বসী মীয়াম্না ভাব তাররকপা মরমদগী লৈবাক অয়াম্বদা চাং নাইনা লাইব্রেরি তম্বগী নিয়ম অসী চপ্থনরকখি। হ'মগী গুরুগী মযুমদা চত্তুনা মীওই থরদনা লাইব্রেরি তম্বগী মওঙ অদু থুনমক ওল্লকখি। মরম অদুনা অচৌ অচৌবা সহরশিংদা লাইব্রেরি তমফম শঙ হায়দুনা লিংখৎনরকখি। ভারতবর্ষদসু হর্ষবর্ধনগী মতমদা চহী ১৫০০ লোমগী মমাঙদা নালন্দদা ছাত্র লিশিং ১০ রোম তম্বা লাইব্রেরি তমফমশঙ অমা লৈরম্বগী প্রমান ফংই। অদুবু মমৈদা হৌজিক্কী অনৌবা মওঙগী শিক্ষা পীবসী ইউ-রোপকী লৈবাকশিংদা অয়াম্বা হৌদোক্লখিবগুম তৌখি। পৃথিবীগী মপুংদা খ্বাইদগী লিরবা বিশ্ববিদ্যালয় অসী কেম্ব্রিজনি। হায়নৈ। স্কুল লিংদুনা ওজা হাপ্তুনা শিক্ষা শন্দোকপগী থবক অসী মতৌ অমুম্ন পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদা পাকচাউনা শন্দোকখি। অমুম্না পাক চাউনা শিক্ষা শন্দোক্লবা অসী ১৮ শুবা শতাব্দীদদী পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদা চৎনবী ওইনা তৌখ্রে।

অহানবদা ঐখোয়গী শিক্ষা মপী অসী চুমগী লাইব্রেরিক্তা ইরগা তাম্লবা অদুদনা অপেনবা ওইরমই। অদুবু মীশিং য়াম্না

লাইরিক হৈনরকপা অদুক হায়গী লাইরিক ইবা-পাবদমক ওম্বা অমসুং লাইরিক্তা তাক্লিবা হীরম থরা অদু নত্তনা খঙবা ঙমদবা অসী মীওইবনা লাইরিক তম্বদগী খ্বাইদগী তোংজদবা অমা ওইনা লৌনরক্লে। মরম অদুনা লাইরিক হৈরবদী হীরম খুদাংমক খঙবদা লমজিংনবা মওঙ অমা ওইদবা য়াদ্রে হায়বসি খ্বাইনা খঙনরক্লে। মরম অদুনা লাইরিক হৈরবদী হীরম খুদাংমক পায়রকপা মতমদা লমজিংবা য়ানবা অনৌ অনৌবা মওঙগী মহৈ পীবা অসী ইনৌ ঃনৌনা হৌদোক্করকখি। মরম অদুনা হৌজিক্কী অনৌবা মওঙগী পুন্সি লেনবা য়ানবগী শিক্ষা মপী অসী কয়া হৌদোক্করক্লে।

---

# ১৭। পৃথিবীদা নিংথৌগী শক্তি লোইরকপা অমসুং মথল মথলগী রাজনীতি দল পোক্লকপা

পৃথিবী মকম খুদাংমক অসিদা মীওইবনা সমাজ লিংহুনা হেক পাল্লকপদগী হৌনা নিংথৌ হায়বসী লৈতবা য়ারমদে। অহানবদা নিংথৌ অসী মীয়াম্বা অপাম্বা খন্দুনা হাপ্লরমই। অদুবু মমৈদদী চৎনবী ওইনা নিংথৌ অসী লেঙবা ঃ্রবা কম ওইনা তৌগ্রে। হায়বদী নিংথৌগী খুবম অসী মথং মথং

নিংথৌগী মচা মশুনা কংকম খোকপা কম ওইনা লৌনখ্রে। অহানবদা নিংথৌ অসী মীয়াম্না য়াত্রবদী করিমতা শক্তি লৈরমদে। মখোয়বু ময়াম্না পেনদ্রবা মতমদা হেক্তা লৌথোকপা ওম্লমই। অদুবু মতমগী মতুংইন্না নিংথোগী শক্তি অসী ঈশ্বরগী শক্তিদগী হেম্না কম্না লৌনখ্রে। মীওইবনা শীঙ্গমবা ওন্বা খ্বাইদগী চাউবা শক্তিদী নিংথৌগী মথুক্তা লৈখ্রে হায়বা য়াই। মতৌ অসুম্না শক্তি লৈরবা নিংথৌশিংনা অক-কত য়েংদনা তৌনিংবতা তৌদুনা প্রজাশিংবু ওৎলল্লবদী অদুগুম্বা নিংথৌ অদুবু লানহৌ অমনা নমহৎপা নত্তনদী মহাকপু বারক-পিনবা লৈরমদে। মরম অসিদগী মীয়াম্না থম্বরক্লে মত্তুদী নিংথৌগী খুবম হায়বদী মীওইবগী খ্বাইদগী ৱাংবা মপোক্কী খুবম্নি। মরম অদুনা হায়রিবা খুবম অসী কংবা মীবু লাইগা ম্নাম্বা থাক্তা থমনৈ। মরম অদুনা পৃথিবী অসিদা নিংথৌ খুবম পামদবা মীওই লৈরমদে। কনাগুম্ব মচীন চৎপা তৌব-ওম্বা মীওই কয়ানা নিংথৌ খুবম মুম্বা লালহৌ কয়া হৌই। মরম অদুনা মমাঙউৈগী মতমদা পৃথিবী অসিদা মীওইবা সম্নাঙ্গনা ঈংনা পানবগী খুদোংচাবা লৈরমদে। মরমদী নিংথৌ খুবম মুম্বগীদমক য়াম্না তোয়না তোয়না লাল কয়া হৌনখি। মতম্না অসুম কুইশল্লকপা অদুক নিংথৌশিংগী শক্তি অসী অঙকপদা কনশল্লকখি। পৃথিবী অসিদা অফবা নিংথৌ কয়া পোকখ্রবসু ভশেংনা নিংথৌ পুম্নমক মানা মানা নীংবা অদু

তৌনবা ঙাক্কনি। নিংথৌনা নীংলকপদা আইনগী রা লৈরমদে। অথবা ওইরবস্থু ফত্তবা ওইরবস্থু নীংশিবা অদু পাঙথোক্কবা হোৎনবদা প্রজা কয়া অৱাবা নংখিবা ঙাক্কনি। হাৎপু হাৎ-নীংলবস্থু, থাজনাবু য়াম্না লোথৎনীংলবস্থু নিংথৌগী খুদী ওই-রমই। করিগুম্বা মতমদা নিংথৌশিংনা প্রজাশিংবু য়াম্না হাৎ-তূপ্পা অমস্থুং ওৎপা য়াওই। করিগুম্বা মতমদনা মথল মথলগী থাজনা লোথৎতুনা প্রজাশিংবু অঙকপদা অৱাবা পী। অস্থুম্না নিংথৌশিংনা প্রজাশিংবু অৱাবা পীবা, মখোয়না তৌনিং-বতা তৌবা অসী অহানবা লাঙ্গাওগী মমাঙ ফাওবদী য়াম্না নীংথিনা চত্থনরমই। পৃথিবীগী অহানবা লাঙ্গাও হেক লোই-থিবদগীদী পৃথিবীগী রাজনীতিগা ফীবম অসী অওনবা অমা লাকখি।

২০ শুবা শতাব্দী চঙলকপদা পৃথিবীগী রাজনীতিগী থোঙচৎ অসী থংহোং হোংখিবগুম তৌখ্রে। পৃথিবীগী জাতি অয়াম্বা অসী মমীৎ থংপাও পাওবগুম তৌনরক্রে। অহানবদা ময়াম্বা লাইনি থম্মরম্বা নিংথৌ অদু হৌজিক্তী মীনাইগুম থম্মরক্রে। নিংথৌশিংনা মখোয়না তৌনিংবতা তৌদুনা প্রজাশিংবু শা-ঙাগুম শীজম্মবা অদু মীয়াম্না ভাব তানরকখি। মরম অসিদগী অথোইবা মীওই কয়ানা মতৌ করম্না নিংথৌগী সূখ্রম শাসনদগী প্রজাশিংবু কনবা ওমথদগে হায়না থমবা

হৌরক্লে। অসুম্না পৃথিবীগী মফম পূম্নমক্তা অনৌবা ৱাথল অমা পোক্নরকপা মতম অসিদা ইথও থওহৌদনা শোক ১৯১৪ গী অদুদগী পৃথিবী শীনবা থুংনা অহানবা লাঞ্জাও হৌরক্লে।

মতাং অসিদা পৃথিবীগী রাজনীতিদা অনৌবা ৱাথল পুশল্লকপা পাম্বা কাণ্ডবশিংনা প্রজাশিংগী মপূক্লিং থৌগত্তুনা নিংথৌশিংবু ঈম্থুনবা কমা হোৎনরকখি। রুশিয়াদা জারশিংনা ওৎপা, চিনাদা মাঞ্চু নিংথৌশিংনা ওৎপা, ইউরোপকী মফম অয়াম্বদা নিংথৌশিংনা তৌনিংবতা তৌবা অসী থিংনবা অনৌ অনৌবা রাজনীতি কাণ্ডবু চোংথোরকখি। মখোয়না প্রজাশিংবু থাজবা পীতুনা মখোয়গী মায়কৈদা লেওদনা লেপহনবা ওমখি। অসীগুম্বা মওওদা চিনাদা প্রজাগী শাসন লাকখি। রুশতা জারশিংবু থীনা মায়থীবা পীতুনা বোলসেভিক কৌম্বা রাজনীতি কাণ্ডবুনা শাসন মুনখি অমদী জর্মণীদা হিটলরনা নাজী দল লিং-খৎতুনা কাইজরগী মফম মুনখি। অসুম্না পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদা নিংথৌশিংবু তাম্থোক্তুনা প্রজাশিংনা শাসন পায়বগী নিয়ম অসী মথং মথং চত্থনরকখি। অসীগুম্বা থোওচৎ অসীনা অসুম কনশল্লক্তুনা পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাও লোইরকপদগী পৃথিবীগী মরুওইবা লৈবাক অয়াম্বা প্রজাশিংগী মীহুৎনা নিংথৌগী মথুক্তগী শাসন মুন্দুনা পায়খ্রে। মতৌ অসুম্না পৃথিবীগী লৈবাক অয়াম্বা নিংথৌগী শাসন লৈনথিদে অমসুং প্রজাশিংনা থনজব অপাম্বা মীওইশিংনা লৈবাক শাকখি অমসুং ময়াম্বগী

কাম্নবা থবক কয়া তৌথি। অদুগা নিংথৌ খুবম কায়দনা লৈবা লৈবাকশিংসু হৌজিক্কী মহৌশাগী মতৌগুম্না নিংথৌগী অসূপ্পা শক্তি অদু শীজম্নবা য়াদ্রে। হৌজিক্কী নিংথৌশিংনা প্রজাশিংনা য়াদবা আইন কায়বা থবক অমত' চথবা য়াদ্রে। ওসি পৃথিবী অসিদ' নিংথৌ পানবা লৈবাক খরদং লৈরিবা অসী লোইনমক প্রজাশিংগী অনীংবা মতুংইন্না লৈনবা ঙাক্তনি। হায়বদী নিংথৌগী অথোইবা শক্তি অদু হৌজিক করিমতা লৈত্রে হায়বা য়াই। অসুম্না নিংথৌগী খুবম মূখৎতুনা প্রজাগী সরকার লিংনখিবা অসী পৃথিবীগী অনিশুবা ল'ঙ্গাও মতুংদগী অমুক হেনগৎলকখি। হৌজিকমকসু পৃথিবীগী নিংথৌ পানবা লৈবাক কয়া লৈরিবা অসী প্রজাশিংনা হৌরক্তুনা নিংথৌ খুবম কায়নিং কায়নিং তৌনা লৈরিবনি। মতৌ অসুম্না নিংথৌগী শাসনবু মূখৎতুনা প্রজাশিংগী শাসন অসী পুরক্কবা হোৎনবদগী পৃথিবী অসিদা মথল মথলগী রাজনীতি দল কয়া লিংখৎখি।

ওসি পৃথিবীদা মরুওইবা রাজনীতি দল কোম্যুনিষ্ট সোসিয়েলিষ্ট, নাজী, বোলসেভিক, ফ্যাসি, কংগ্রেসনচিংবা দল অসী অসুম্না নিংথৌগী শক্তিবু মূখৎনবা হোৎনবদা পোকখিবা ঙাক্তনি। অসুম্না নিংথৌগী শক্তিবু নমহৎতুনা অনৌবা রাজনীতি দল কয়া লিংখৎনবা হোৎনবদা শীংথাবা য়ারবা মীওই কয়া মথৱায় থানগ্রবনি। মরুওইবা নেতা কয়া অৱাবা ভামগ্রবনি। ওসিদী পৃথিবী অসিদা মথল মথলগী রাজনীতি

দল কয়া চোংথোক্লয়রক্লুনা অমগা অমগা ক্রক ক্রক য়েংনরক্লে। মীখল ( ইলেকসন ) খুদোংমক্তা অমগা অমগা ক্রক ক্রক য়েংনহুনা শাসন পায়বা ওয়বা লাক্লরি। রুশিয়া, চিনাগুম্বদনা অতোপ্পা রাজনীতি দলবু শাসন পায়বা রাজনীতি দলনা হাংনবা কম্না হোংনরগা মতম কুইনা শাসন পায়নবা লাক্লরি।

---

## ১৮। পৃথিবী অসিদা মীওইবগী ওইরকপা য়াবা তুংগী ফীবম

হৌজিক পৃথিবীগী রাজনীতিগী ফীভম অসী অঙকপদা লুয়বা মওঙ অমা লাক্লে। খুৎশা হৈবা অমদী চাওখৎপগী থবকসু থম থেংলে হায়বা য়াই। অদুবু ঐখোয়না থোইদোক্লা চিংনবদী অসুক য়াম্না চাওখৎলবা ঐখোয়গী পৃথিবী অসী নোংমা নত্রগা নোংমদী মুৎলগদ্রা হায়বা অসানি। পৃথিবী অসিদা মীওইবগী ওইবা য়াবা খুদোংথীবা কয়া অসী ঐখোয়না থস্থহুনা য়েংলবদী হীরম কয়াদা মীওইবনা হৌজিক পুঞ্জি লেনবদা বারকদোরে হায়বসী ঐখোয়না খঙবা ওয়গনি।

মীওইবনা শান্তি ওইনা পৃথিবী অসিদা পানবা য়ানবগী উপায়দী মরাং কায়না চীঙ্গাক ফংহনবা অসী শোয়বা য়াদে। ঐখোয়না চাওখৎকে হায়রবদী চানবা অসী মরাং কায়দবা য়াদে।

মীওইবনা চৌঙ্গাকপু ৱাৎলবদা করিগুম্বদসু চাওখৎপা ঙমদে হায়বসী ঐখোয়না খঙলবনি। হৌজিক পৃথিবী অসিদা লৈরিবা মীশিং অসী থাম্বনগী নক্তে। হৌজিক পৃথিবী অসী মীশিং অঙকপদা হেনগৎলক্লে। লৈবাক অয়াম্বদা মীশিংনা অসুম হেনগৎলকপা অদুগা চানবা শেংনবনা অসুম ৱাৎলকপগী কীবম অমা লাক্লে। মীশিং হেনগৎলক্লবনিনা লৈনবা লমসু য়াম্না হেনগৎলকপা দরকারনি। মদুগা লোয়নননা লৌবুক্কী মশীংসু হেনগৎলকপা দরকারনি। অদুবু লৈপাক্কী কদৌ-ঙৈদসু চাউবা হেনগৎলক্তে। মরম অদুনা হৌজিক্কী ঐখোয়গী পৃথিবী অসা ময়াম্ম' লৈবদা পীকমনবা মফম অমা ওইরে। মমাঙৈ মীশিং য়ার্মাদ্রিঙৈ মতমদদী পৃথিবী অসিদা লমহাং কয়া লৈরমই। হায়রিবা লমহাংশিং অদুদা মীয়াম্না মরাং কায়না চাবা ওক্নবা লৌবুক শেম্বা য়াররমই, মরাং কায়না উমং লৈরমই। অদুবু হৌজিক্কী মীশিংনা হেনজনলকপা অদুক লৌবুক্কী মশিংসু মীশিংগা য়েংনবদা ৱাৎলক্লে। মরম অদুনা তঙনা চাক তাঙবা কয়া পৃথিবীগী মফম কয়াদা থোক্লক্লে। মতম অমদনা মরাং কায়না শীজম্মরম্বা উমং কয়া ওসিদী মীওইবগী শীজম্নবা ওকলক্তে। ওসি পৃথিবীগী লৈবাক পুম্নমক্কী মীশিং অসী অঙকপদা নোম্বা কম্নরি। অনৌ অনৌবা থৃৎলাই কয়া পুথোক্কুনা থবক থৌরম খুদীংমক্তা বৈজ্ঞানিকী পাম্বৈতনা শীজম্নরি। মহৌশা ফৌ শঙবায় ২০ থোক্লম্বা মফমদু হৌজিক

শঙবায় ৫০ খোরুবা হোৎনরি। মহোশপু পুং ৫ চওলম্বা থবক্তু হৌজিক মিনিট ৫ দা লোইশিন্নবা লাক্করি। অদুম ওইনমক হৌজিক পৃথিবীগী মীয়ামশিং অসী নোংম নোংমগী হায়রম খুদোং-মক্কা অৱাৎপা অমা লাকপগী ফাবম ওইরক্লি। মসীগী খ্বাই-দগী মরুওইবা মরমদী ঙসি পৃথিবী অসিদা হেনগৎলক্লিবা মায়াম অসীননি। মতম অমদা পৃথিবী অসিদা মীশিং য়াম্বনা কান্নবা মতাং অমা লৈরমই। মরমদী মীশিং য়াম্নবা লৈবাক অদু খুৎকল পাঙ্গনবা লৈবাক ওইদুনা মীনা লাকচবা ঙমলমদে। অদুবু হৌজিক্তী মীশিং য়াম্বা লৈবাক্কা হেন্ন অৱাবা নংবগী ফাবম অমা লাক্রে। মীনা কুণ্ডনা লৈরবা মরম্মা মতৌক চানা চীঞ্জাক ফংবা ঙমদ্রে। মতৌক চানা শেৎন-চানবা ফংবা ঙমদ্রে। পৃথিবীগী মনুংদা মীশিং খ্বাইদগী য়াম্বা লৈবাক্তী চিনানি। মদুগী মথংদা ভরতনি। মরম অদুনা হৌজিক চিনাদা চীঞ্জাকা চাউরবা সমস্যা অমা ওইনা লৈরি। ভারতসু অদু মঙাম্ন চহী খুদোংগী মীরমদগী চীঞ্জাক কম্না লৈরিবনি। লম্না পীকপা মীনা হেনবা ব্রিটেন অমসুং জাপানগুম্বা লৈবাক্তদী মখোয়গী লমদা থোকপা চীঞ্জাক্কা থা থরদমক চাবা কোমে। অদুগা অৱাৎপা অদুনা মীরমদগী চহী খুদোংগী লৈরি। হৌজিক পৃথিবীগী মীশিং অসী অঙকপদা হেনগৎলক্লি। ঙসি পৃথিবী অসিদা মিনিট অমদা মী ৯০ পোক্লি অদুগা ৬০ সোম শিরি হায়না পৃথিবীগী মীশিংগী রেকোর্ড থিজনবা কাঙবুনা হায়রি।

অদুনদী ঐখোয়না খঙবা চমই মতুংদা পৃথিবী অসিদা মী অসী পোকপগা শিবগা অনীগী চাং অসা পোকপনা হেল্লি। মিনিট খুদীংগী মী ৩০।৩০ দী পৃথিবী অসিদা চাংচৎ অমদা হেনগৎলক্লি। শোক ১৯৫০ ফাওবদা পৃথিবী অসিদা মী কোতি ৫০ দমক শিখ্রি। ঐখোয়না মতাং অসিদা চিংনদবা ঙমদে মতুংদী মতম থরগী মতুংদা ঐখোয়গী পৃথিবী অসিদা মীওইবা জীব অসী লৈক্ষম লৈত্তবগী মওঙ অমা লাকপা য়াই। ঙসি ফাওবদা পৃথিবী অসিদা লৈরিবা মীশিং অসী চাউরাক্পা ২,৯০,০০,০০,-০০০ (বৃন্দ ২ কোটি ৯০) য়োম শুরে। ইকুই কুইদনা শোক ২০০০ দদী পৃথিবীগী মীশিং অসী ৬,২৫০,০০০,০০০ শুরগনি হায়না ইউ, এন-গী রিপোর্ট অমদা হায়রি। মতম অদুদা চান-থক্লবা অমদী দরকার লৈবা অতোপ্পা পোৎ কয়া থীনা য়াৎলকপা য়াই অমসুং মীওইবা জীবগী পুন্সি লেনবদা অঙকপদা য়ারবা মতাং অমা লাকপা য়াই। হৌজিক ফাওবা পৃথিবী অসিদা মীওইবা জীবনা লৈবদা মতীক চারক্রবনি। ঙসি মীওইবগী মশীংনা হেনজল্লকপা অদুক শা-উচেক অমদী অতোপ্পা জীব কয়াগী মশীংসু অসুম অসুম মহ্লেং তারক্লি। মরমদী মীওইবনা মশীং হেনগৎলক্লবনিনা ঙসি পৃথিবী অসিদা শা-উচেক কয়া লৈক্ষম লৈরক্রে। মখোয়বু হাৎতোক্লুনা চাথোকপীবনচিংবা তৌবদা অঙকপদা মশীং হন্থরক্লি। ঙসি পৃথিবী অসিদা মহৌশা লৈরম্বা উচেক কয়া, শা কয়া মশক

উবা ফংলক্তে। মীওইবগী মশাংনা পৃথিবী অসিদা অস্থম হেনজল্লকপা অদুক মতম অমদা মীওইবগী চানবা চাঞ্জাক অসী ৰাৎলক্লুনা হান্না চানরমদবা মথল মথলগী চাঞ্জাক চারকখিগনি। মশক খঙদবা তৌল-কাও অমদী উনা-ৰানা কয়ানা মীওইবগী চাঞ্জাক ওইরবা য়ারি। করিগুম্বা মতম অমদদী পৃথিবী অসিদা মীওইবনা লৈফম লৈনদবা, চান-থক্লবা লৈনদবা অসানা মরম ওইদুনা হাৎন-শুনবা অমদী অঙম অঙম্বা মুন্নদুনা চানবা অসাগী মওঙসু লাকপা য়ারি। অদুবু করিগুম্বা ঈশ্বরগী থৌজান্দগী মীওইবনা বিজ্ঞানগী মপানদগী ওইথোক্কবা থবক কয়া ওই-থোকহন্দুনা তৌওমদবা থবক কয়া তৌথোরক্লুনা মীওইবনা লায়না হিংবা য়ানবগী লম্বীসু লাকপা য়াই।

অনীশুরা মতাংদা মীওইবনা মশাং য়ামথৎলক্লুনা লৈফম চাফমগী ৰাবতা নত্তনা মীওইবগী চৎহৈদবা শাজং কয়ানা নোংমম্ন নত্রগা নোংমদী পৃথিবীদা মীওইবনা হিংবা ঙম্লদবা য়ারি। হৌজিক পৃথিবী অসিদা চৎলিবা মীওইবগী থোঙচৎ অসী য়াম্না লুবা মতাং অমা লাক্লে। হায়রিবা অরুবা মতাং অসি অতৈ করিসু নত্তে। ঐথোয়না হৌজিক য়াম্না কম্না চিংনরিবা অসী ইখঙ খঙহৌদনা পৃথিবী অসিদা অহুমশুবা লাঙ্গাও অমা থোরক্কদ্রা অসীনি। হৌজিক পৃথিবী অসিদা করিগুম্বা অহুমশুবা লাঙ্গাও অমা থোরক্লবদী মীওইবা জীবনা পৃথিবীদা শান্তি ওইনা হিংহৌবগী আশা অসী থাজবদা থরা

চিংনদবা ঙমদে। হৌজিক অসী পৃথিবীগী খ্বাইদগী অয়েৌবী লুরবা থাকনি হায়বা য়াই। হৌজিক মথল মথলগী অঙকপা লালগী খুৎশু-খূৎলাই কয়া পৃথিবী অসিদা পুথোক্লরক্লে। অঙক অঙকপা এরোপ্লেন কয়া, জেট প্লেন কয়া অসীনা লানগী য়াঙলবা খুৎলাই ওইরে। রুশিয়ানা হন্দক্তা থা ৩ য়োম থাউ য়াউদনা নোংথক্তা লেপ্তুনা পাইদুনা লৈবা য়াবা এরোপ্লেন পুথোকখ্রে। মসী লানগী করবা যন্ত্র অমনি। অনীশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও ফাওবদী এটোম বোম অমা অনীদনা লানগী শাথীরবা খূৎলাই ওইরমই। অদুবু হৌজিক্তা অদুগুম্বা এটোম বোম অদু পৃথিবীগী লৈবাক অয়াম্বদা মপৈ মপৈ লৈনরে। এটোম বোমদগী শক্তি শরুক ১০০।১০০ লৈরবা মেগাটোন ৫০ গী ১০০ গী বোম রুশিয়ানা হন্দক্তা পুথোকখ্রে। হৌখিবা পৃথিবীগী লাঞ্জাওদা এটোম বোম অনীদং জাপানগী হিরোসিমা অমসুং নাগাসাকিদা থাদদুনা হায়রিবা সহর অনীসীগী মী তুম্না হাৎলগা লান লোইশিনখি। অদুবু হৌজিক করিগুম্বা অহুম-শুবা লাঞ্জাও অমা থোক্লক্লবদী মশীং থীঙমদ্রবা হায়ড্রোজেন বোম, এটোম বোম অমদী মেগাটোন বোমনা পৃথিবীগী মীওইবা পুম্নমক অসী হাৎলবা য়ারি। হৌজিক্তী লানগী থৌরাং অসী অঙকপদা থাক য়াংখৎলক্লে। মহৌশা এরোপ্লেন্দা মীনা বোম পুরগা থাদনিংবা মফমদা থাদরম্বা অদু হৌজিক্তী মী য়াওদ্রবসু রোকেটকী মপাক্তুনা তাহল্লিংবা মফমদা বোম

তাহনগনি হায়না রুশিয়ানা য়াম্না চাউথোক্না লাউথোকখ্রে। হৌজিক অহুমশুবা লাঞ্জাও হেক থোকলকপা মতমদা অওম্বা কাওবুসু ওমদবা কাওবুসু অনীমক পৃথিবী অসিদা হিংদুনা লৈবা ওম্বগী আশা লৈতে। অহুমশুবা লাঞ্জাওনা পৃথিবীগী মীওই-বগী মহা খণ্ড-প্রলয় হায়বদু ওইগদৌরিবনি।

হৌজিক পৃথিবী অসিদা অহুমশুবা লাঞ্জাও অমা থোকপা য়াবগী মরম য়াম্না লৈখ্রে। হৌজিক পৃথিবীগী লৈবাক পুম্নমক অসী অমগা অমগা য়েংথিনদুনা খৎনদুনা লৈরি। মফম মফম খুদীংদা লম মুন্নবগী ব্রাথোক্না লাল মচা মচা তৌনদুনা লৈরি-বনি। হায়রিবা লাল মচাশিং অসীনা করিগুম্বা মীচং শেম্নদুনা চাউখৎনরক্রবা, অমগা অমগা মতেং পাংনরক্রবা মতম অদুদদী পৃথিবী অসিদা অহুমশুবা লাঞ্জও অমা থোক্কনিগুাই মরম লৈতে। হৌজিক পৃথিবীগী রাজনীতিগী থোওচৎ অসী অওকপদা লুরে। হৌজিক রুশিয়া অমসুং আমেরিকানা বিজ্ঞানগী অকনবা লমজেন অমা তাম্নরি। হায়রিবা লৈবাক অনী অসীনা চীনবাম্বোওদা ফজরবসু মপূক মপূক্তদী অমগা অমগা শীংনদুনা লৈনরিবনি। লৈবাক অনী অসীনা পৃথিবী অসীবু নাকন অনী থোকহল্লি। হায়বদী পৃথিবীগী লৈবাক অয়াম্বনা রুশিয়া নত্রগা আমেরিকাগী মায়কৈদা তোংনদুনা নাকপাক নাকপাক তানদুনা লৈরি। লৈবাক অমগা লৈবাক অমগা খৎনরক্রবা মতমদা লৈবাক অনীসীনা মথোয়গী মীচংগা লোয়ননা তোংশিনবা

পামই। মতম অসীদনি পৃথিবীদা অহুমশুবা লাঙ্গাও অমা থোক্লকপা য়ারিবা। লোইলম শন্দোকপা পাম্বা কাওবুনা পৃথিবীদা লোইলম থম্বগী অকনবা লালথেং অমসু চথরি। লম খোপচনবা পাম্বা লৈবাক্কা হৌজিক য়ুমলোম্নবা লৈবাকী লম খোপচনবগীদমক হৌজিক তত্তনা থৎনরি অমসুং ইউ, এন-দা তত্তনা বিচার তৌরি। হায়রিবা মওওশিং অসিদা কাওবু কাওবু শেম্নদুনা লানগী থৌরাং তৌনদুনা লৈনরি। অসুম্না কাওবু কাওবু শেম্নবা অসীনা নোংমদী তপেংনা কাওবু মশেল থূৎ থোক্নরক্তুনা পৃথিবী অসী নাকপাক নাকপাক তানরক্তুনা অওকপা খুৎশু খুৎলাই কয়ানা লৈত্তেংলবা অহুমশুবা লাঙ্গাও অমা থোক্লকপা য়ারি অমসুং মতম অদুদা ঐথোয় মীওইবা কাওবু অসী খওহৌদনা মাওলবা য়ারি। ওসি পৃথিবীগী থৎনচৈনবা কয়া ইউ, এন-না খামজন্দুনা থোক্দবা লাঙ্গাও কয়া থোকহন্দনা লৈরি। অদুবু থৎনবা মশীংনা অসুম য়ামশল্লক্রবদী ইউ, এন হায়বসী অতোপ্পা পৃথিবীগী মীহুৎনা শেম্বদী নত্তবনিনা লৈরিবা লৈবাক ময়াম অসীনা পূল্লগা শেম্বনিনা খামজনবগী শক্তি বাৎলক্তুনা পুংকায় কায়রবা য়ারি অমসুং মতম অদুদনি মীওইবা জীবনা পৃথিবীদা শান্তি ওইনা লৈবা ঙম্লোইদৌরিবা! ঐথোয়না ঈশ্বরদা হায়জগদবদী হায়রিবা ইউ, এন অসীনা লেঙদনা লৈদুনা পৃথিবীগী অসীগুম্বা খুদোংথীবা কয়া অসী থোক্তবা ওইহনবিসনু হায়বা অসীনি।

লাঙ্গাও ইথোক থোক্লবস্থ হৌজিক্কী মীওইবা জীবনা পৃথিবীদা হৌংনা পানবা ওমদবগী মতাং অমসু লাক্লে। হৌজিক লৈবাক অয়াম্বনা লালগী খুৎলাই কয়া চাং য়েংনরি। খুৎলাই চাং য়েংবা মতমদা মদুগী ফত্তবা হূনা পৃথিবীগী মুংশিৎ অসী শেংহল্লে। মরম অসিদগী মথল মথলগী লায়না কয়া হৌজিক পোক্লক্লে। ওসি পৃথিবী অসিদা ঐথোয়না তৌজবা থবক্কা মীওইবা জীবনা হকচাং ফনা, নাদ-য়েক্কনা, পুন্সি তোলোয়না লৈবা য়াবগী ফীবম লৈত্রে। ঐথোয়না স্বর হোল্লিবা মুংশিৎ অসী হৌজিক হূগা মান্নবা মওঙদা খুৎলাই ময়াম চাংয়েংবদগী থোকহল্লে। অসীগুম্বা মীওইবগী মাঙবা য়াবা খুৎলাই চাং য়েংবসী তোক্করসী খুৎলাই থাদোক্কনরসী হায়না পৃথিবীগী বিজ্ঞান চাওখৎপা লৈবাক কয়ানা পুন্না ঊনগ্রে। অদুবু ওসি ফাওবা করিগুম্বা ফল অমতা তাদনা থবক চথনরি। মরম অদুনা মীওইবনা মাঙলগদবদী অতৈ অমদা মাঙলোই। ঐথোয়না হৌজিক বিজ্ঞান চাওখৎলে হায়না হল্লাউরিবা ঐথোয়না শেমজবা বিজ্ঞানগী পোৎ-চৈ কয়া অসীতনা ঐথোয় ইশাবু হাৎচরগদৌরিবনি। হায়রিবা চাওখৎলিবা বিজ্ঞানগী থবক অসীনা মীওইবগী কান্নবা পুরক্কবা লম্বীদা অয়াম্বা পুশল্ল-কপা ওন্নল্লবদী ওসি ঐথোয়না য়ায়া শান্তি লৈবা মওঙদা পৃথিবী অসিদা পানবা ওম্মগদবনি। অদুবু বিজ্ঞান্না মীওইবগী কান্নবা তৌবা অদুক মীওইবা ভুম্না মাঙনবগী মওঙ পুরক্লে।

চাওখৎলবা বিজ্ঞাননা মীওইবগী ঙসি কান্নবা তৌদবনু নত্তে। মীওইবা জীবগী কান্নবা থবক কয়া বিজ্ঞাননা পাংথোক্লি। অদুবু মীওইবনা লান্না লমজিংবা অমা য়াওরকপদগী বিজ্ঞাননা ঐখোয়গী মাঙনবা পুরক্কদৌরিবা অসীদবু ঐখোয়না চিংনবনি। ঙসি ঐখোয়গী পৃথিবী অসী প্রকৃতিনা মাঙনবা পুরক্লিঙৈদা ঐখোয় ইশানা মাঙনবা শীঙ্গগদৌরি। অসীগুম্বা পৃথিবীগী মাঙ-তাকপা য়াবা মরম অসী য়ুন্না থম্মদুনা পৃথিবীগী লৈবাক পূম্নমক্না থবক চৎথবিরবদী ঙসি পৃথিবীদা অহুমশুবা লাঞ্জাও থোক্কবা য়াই। মফম মফম খুদীংদা লাল তৌনবা, মীচঙ খোম্নবা অসী থাদোক্নুনা অচুম্বা মায়কৈদা লমজিংনবা হোৎনর-বদী ঐখোয়না য়াম্না নুংঙাইনা পৃথিবী অসিদা পানবা ঙম-থিগনি। মরম অসীনা ঐখোয়না ঈশ্বরদা খুকুমজরি মদুদী ঈশ্বরনা মীওইবা জীবগী অসীগুম্বা খুদোংথীবা অসী কনবিবা ওইসনু অমসুং লাল পাম্বা কাওবুবু শান্তী পাম্বা মীওই ওইহন-বিবা ওইসনু।

থৌজান হৈরবা ঈশ্বর মহাক্না
পৃথিবীদা শান্তী—লৈহনবিসনু
মীওইববু ঈংনা—পানহনবিসনু
অহুমশুবা লাঞ্জাও—থোকহনবিদসনু
বিজ্ঞাননা মীওইবগী মফম—পুরকহনবিসনু

হৌজিক্কী অঙাংশা! অসুম্না ঐখোয়না ঈশ্বরদা মীওইবগী

শান্তি পুরক্নবা য়াইফ-প্রার্থনা অসী হায়জরগা ঐথোয়গী পৃথিবী অমসুং মীওইবগী মরমদা ইবা য়ারেং মচা অসা অসুম লোইশল্লসী !

লোইরবা

## অরুবা ৱাহৈগী অর্থ হঙবা

লামায়

২ :— গ্রহ – সুমিংকী অকোয়বদা কোয়না লৈছুনা পাইরিবা অকাশকী পোৎ। ঐখোয়গী পৃথিবীসু গ্রহ অমনি।

২ :— উপগ্রহ—গ্রহগী অকোয়বদা পাইছুনা লৈরিবা গ্রহদগী কেন-থিবা অকাশকী পোৎ। থা পৃথিবীগী উপগ্রহ অমনি।

৭ : – জ্যোতিষি—জ্যোতিষ হায়বদী পাঞ্জিগী ওইবা লাইরিক হৈবা মী

৮ :— ধাতু—সনা, লুপা, য়োংনাচংবা লৈহুংদগী কংবা অকনবা পোৎশিং।

৯ : — নিকেল – লুপাগুম্বা মমল য়াম্ব' ধাতু মথল অমা

১০ :— মৈগী কুণ্ড —মৈ হোৎনা থম্নরি কুহং। মৈ কম্না থারিবা কোম।

১১ : — লাভা—মৈগী চাং পোকথায়বা মতমদা লৈহুংদগী কাপথো-রকপা শোঁদোক্লবা ( মৈ ঈক্লবা ) পোৎ।

১২ :— মহা খণ্ড-প্রলয়—পৃথিবী অসিদা তুম্না মাঙ-তাক্লবা মতম।

১৬ :— সাইন্টিষ্ট—সাইন্স হায়বদা মহৌশাগী অরুবা হারম্নু ( মীনা খঙনবদা অরুবা মহৈরু ) নৈনবা মী।

১৭ :— জেট প্লেন—পংথা পাস্নবা মথাংদা গ্যাস কাম্নথোক্লগা মুংশিংকী ঈপোমদা ঈস্নুনা য়াঙনা পাইবা এরোপ্লেন মথল অমা।

২০ :— হার—পাম্বীশিংনা হিংনবা লৈপাকী মচি ওইবা শরুক।

২৮ :— থোপ—মীওইবগী কোক্তা লৈবা বুজী-লোশিং থোক্লককম পোৎ অমা।

লামায়

৩১ :— বিজ্ঞান—সাইন্স হায়বদা মহোশাগী অকুপ্পা মহৈ কয়া নৈননবা লাইরিক।

৪০ :— শতাব্দী—চহী চামা চামনা শাবা মতম অমা।

৫০ :— ময়ানবা খুবম—( মোক্ষ ) ময়াগী সংসার অসিদগী লাম্থো-কপা ( পাপ কোকপা ) ওয়বা উপায়।

৫০ :— শাস্ত্র—অশেংবা থাক য়াংবা লাইরিক।

৫২ :— সাম্রাজ্য—নিংথৌরেল অমনা শাসন তৌরিবা অচৌবা লৈবাক।

৫৪ :— মেলা—মীয়ামদা উৎপা য়াবা অচৌবা কৃষ্মৈ।

৫৫ :— কুমলৈনা—চহী কয়ামক্রম নাক্পা লৈরবা মীওই।

৫৭ :— ক্রোস—খৃষ্টবু পাং তিংদুনা হাৎখিবা উগী সমকোন্দা ( অয়াও অখু মায়বা মশুং মরিগী মওংদা ) শেম্বা কারল অমা।

৫৯ :— কবর—মোংফম নত্রগা মোংফমদা শাবা ফুরা।

৬১ :— ধ্যান তৌবা—করিগুম্বা জ্ঞান অমা ফংনবা মুম্না য়াথল থনবা।

৬১ :—কুরান—ইসলাম ধর্ম্মগী মরুওইবা অশেংবা লাইরিক।

৬২ :— বাণী—য়াহৈ, য়াডাও নত্রগা য়াথং।

৬৬ : - অন্তরীপ—সমুদ্রদা তুমথোকপা লৈকডগী শরুক।

৬৯ :-- দ্বীপ তৌবা—লম-তু কুপ্পা ওনবা।

৬৯ :— সোসাইটি—করিগুম্বা মরম অমা পাডথোক্লবগীদমক লিংবা মীয়ামগী অপুনবা ( সভা ) অমা।

লামায়

৭২ :— ষ্টেট মিনিষ্টর এবী—লণ্ডণ সহরদা লৈবা এডৱার্ড কনফেস-সরনা ১১ শুবা শতাব্দীগীমতুংদা শারম্বা চর্চ ( খৃষ্টিয়ানগী লাইশং ) অমা। মসিদা ব্রিটেনগী নিংথৌশিং ফম্বাল ভোংই ( সিংহাসন কায় )।

৭৪ :— ডায়েরী—মুমিৎ খুদোংগী পুন্সিদা থেংনখ্রে নত্রগা থোকপা থৌদোক ইশম্ববা তারিখনচিংবা থাবা লাইরিক মচা অমা।

৮১ : — জার—রুশিয়াদা পাম্বা নিংথৌশিংগী মিংথোল।

৮১ :— সবমেরিন—ঈশিং মমুংদা লৃপ্পুনা চৎপা লালগী কাম্ববা জহাজ মখল অমা।

৮৩ :— আন্দোলন—করিগুম্বা অনীংবা অমা থুংনবগীদমক চৌবকপা মীয়ামগী ঈরাং।

৮৭ : এভোম বোম—য়াম্না শক্তি লৈবা বোম মখল অমা। মসিনা থাদরবদা কবিগুম্বা থাদবা মফমদ্র জীব অমত্তা থাক্তনা হাৎপা ঙমই।

৮৮ :— আইন সভা—আইন শীজম্বরিবা অমদী ফম্বিবা কাওবু।

৮৯ :— রেকোর্ড থম্বা—তুং কাওবা য়াওনবা অমদী কাউদনবা উপায় শীজম্ববা।

৯০ :— বাইবল—খৃষ্টিয়ান ধর্ম্মগী অশেংবা লাইরিক।

৯৩ :— বেদ—হিন্দু ধর্ম্মগী অশেংবা লাইবিক।

৯৩ :— ত্রিপিটক—বৌদ্ধ ধর্মগী অশেংবা লাইরিক

লামায়

৯৩ : — মহাভারত—কৌরোব শাগৈগা পাণ্ডব শাগৈগা অনীগী শোরুবা লানগী মরমদা ইবা অচৌবা লাইরিক।

৯৩ :— রামায়ণ—রামচন্দ্রগী মরমদা ইবা হিন্দুগী অশেংবা লাইরিক।

৯৬ : — বিশ্ববিদ্যালয়—খ্বাইদগী রাংব' থাকী মহৈগী শঙ।

৯৯ : — খাজনা -সরকারনা প্রজাদগী লৌখৎপা শেল।

৯৯ :— রাজনীতি—লৈবাকী রায়েল ঔদা অমদী নিয়ম

১০০ :— কাইজর—জর্মণীদা পাল্লখা নিংথৌরেল শিংগী মিংথোল।

১০১ :— রাজনীতি দল—লৈবাকী থনক্তা দায়িত্ব লৌবিবা অপুনবা কাংবু।

১০৪ :— সমাস্যা—তোকম থোকপা থবক।

১০৭ :— মেগাটোন বোম—রুশিয়ানা হন্দক্তা পুথোকপা য়াম্না শক্তি লৈবা বোম অমা। বোম অসিনা হৌজিক পৃথিবীদা খ্বাইদগী শক্তি লৈব' অমা ওইরে।

১০৭ :— হায়ড্রোজেন বোম—এটোম বোমদগীদি য়াম্না হেন্না শক্তি লৈবা অহুগা মেগাটোন বোমদগীদি হন্থবা বোম মথল অমা। বোম অসিনা পোকথাম্নরবদা মনাক নকপা য়োং কাওবা মহী চেনবা ঙমই।

১১১ :— প্রকৃতিনা—মহোশা কৌবী লাইরেম্বী হায়বদী মীওইবনা শেম্লবা নত্তবা পৃথিবী অসিদা ওইরম্বিবা মওঙ মতৌ অমদী পোৎ-চৈশিং অসীনা।

## খঙবদা কান্নবা ( General Knowledge )

মণিপুরগী :—

( ক )

১। চীফ কমিশনর—শ্রীজে, এম, রাইনা

২। ডিপুটী কমিশনর—শ্রী এম, এল, কমপানি

৩। চীফ সেক্রেটারী—শ্রী আর, বি, শকসেনা

৪। জুডিসিয়েল কমিশনর—শ্রীতিরুমালপাদ

৫। লোক সভাগী এম, পি—সর্বশ্রীরিশাং কৈশিং অমসুং সলাম তোম্বী সিংহ

৬। রাজ্য সভাগী " " – শ্রীললিতা মাধব শর্ম্মা

৮। ডাইরেক্টর ওফ এডুকেশন—শ্রীশিবনাথ ঝা

৯। সুপারিন্টেণ্ডেণ্ট, মণিপুর পুলিশ—শ্রীলাইশ্রম গোপাল সিংহ

১০। কমাণ্ডেণ্ট, মণিপুর রাইফলস—শ্রীএল, এচ, হার্নেট

১১ কমাণ্ডেণ্ট, ফোর্ড আসাম রাইফলস—শ্রীপ্রহলাদ সিংহ

১২। মহারাজ শ্রীওকেন্দ্রজীৎ সিংহ

( খ )

মণিপুরগী :—

১। অপুনবা পাক-চাউবা—বর্গ মাইল ৮,৬২৮

২। চীংগী পাক-চাউবা—বর্গ মাইল ৭,৯২৮

৩। তমগী " -- বর্গ মাইল ৭০০

৪। খুঙংগী " — বর্গ মাইল ৮,৬২৬.৩

৫। সহরগী " --- " " ২

৬। উমংগী " — " " ২,৩২৫

মণিপুরগী :—

৭। লৌবুক্কী পাক-চাউবা—একর, ১,২০,০২০
৮। খুঙ্গং মশীং—১৮১০
৯ অপুনবা মীশিং—৭,৮০,০৩৭
১০। নিপা মশীং—৩,৮৭,০৫৮
১১। নুপী মশীং—৩,৯১,৯৭৯
১২। ইম্ফালগী অপুনবা মীশিং ১,৯৯,৮৬?
১৩। " নিপা মশীং—১,৪৮,৫৫৬
১৪। " নুপী মশীং—১,??,৩০৭
১৫। অপুনবা লাইরিক হৈবা—২,০৬,১৭৬ ( =২৬·৪৯% )
১৬। নিপাদা লাইরিক হৈবা- ১,?৪,৭৮৪ ( =৪০ ০৮% )
১৭। নুপীদা লাইরিক হৈবা—৫০,৯৭৫ ( =১৩% )
১৮। ইম্ফালগী অপুনবা লাইরিক হৈবা—১,০০.১৮২
১৯। ইম্ফালগী নিপাদা মাইরিক হৈবা—৭?,৫৫৪
২০। ইম্ফালগী নুপীদা লাইরিক হৈবা —১৪,৬১৮
২১। ৩৩ুবা চহি ৫গী থোরাংগী শেনফম—লুপা লাখ ১২৮৭·৫৬
২২। লৌউবগী চাথোক—কৌ মণ ৩০,৯৭,৩১৮ ( শোক ১৯৫৯-৬০ ) দা
২৩। উমংগী পোংথোক—লুপা ১,৮৪,২১৭ (শোক ১৯৫৯—৬০) দা
২৪। ওজা মশীং— ৫২৪২ ( শোক ১৯৫৮—'৫৯ দা )
২৫। বেশিক অমদী প্রাইমারী স্কুল—১৪৫১
২৬। এম,ই,স্কুল—৩১৪

২৭। হায়স্কুল—৫৪

২৮। কোলেজ—৩

২৯। ত্রেনিং স্কুল- ১

৩০। প্রাইমারী স্কুল শিংদা লৈবা অঙাং—৯৮,৯৬৩ (শোক ১৯৫৮-৫৯)

৩১। N. C. C. অমস্তুং A. C. C.—নিপাদা ৯৬৪ }
—নুপীদা ১৮৫ }

( শোক ১৯৫৯-৬০ )

৩২। যণ মশীং—২,৬৭,৭১২ ( শোক ১৯৫৬ )

৩৩। শাগী লায়েংশঙ—৪

৩৪। ডাক্তরশঙ—১৯

৩৫। কো-ওপরেটিভ সোসাইটি—৬২৯

৩৬। কো-ওপরেটিভ বেঙ্ক—৩

৩৭। রেজিষ্টর তৌরবা কারখানা ( ফেক্টরী )—৬৮

৩৮। থোং অচৌবা—২০১

৩৯। ডিভেলোপমেণ্ট ব্লোক—১৩

৪০। পুলিশ ষ্টেসন— ১২

৪১। পুলিস আউট পোষ্ট - ৯

৪২। জেল—১

৪৩। ডাকঘর—১৫৫

৪৪। টেলিফোন—১৮৭

৪৫। রেডিও—৫৯৮

৪৬। ইলেকট্রিক থানবা মফম—১০

৪৭। প্রেস—১৫